ফোংদোকপা

এ, ইবোবী সিংহ

ইম্ফাল





অহানবা কোংবা—১৯৭২ ইং

কোপী—১০০০

প্রিণ্টর—রাসবিহারী সিংহ,

দি ফ্রেণ্ডস ইউনিয়ন প্রেস

ইম্ফাল।

# শকুন্তলা

## ১

থুবাং চাংঙৌ লোম্লনা হুকশম্ ফিবু য়েংথুনা
থল্লাই হক্চাং পুন্দুনা হৈজমখৈ নোল্লুক্লা—
নোক্ল চাওবা মীতাগী নোক্লক্নু ওইরসু
ঙাকপীহৈবা কনানা ঙাকপীগেবু হায়রসু—
মওং মতৌ মান্দবা থৌওং থৌদা থংদবা
তোম্লবদি নচানা হৈত্ত সুংদ। চংজবা
মালেম লেমা নহাক্লা চানুবিগনী নচাবু
চানুবিখিবা অচুম্বৈ ননিংথৌদি পৃথুবু।
মর্ত্ত্য-নিংথৌ অহানবা পৃথু মাগী মিংথোল্-তাং
মালেম লৈমা মহাক্কী পৃথু মামা শগাই-তাং
থাংজ-পুঞ্জ-পাওতম্-মিং পৃথুদগী লৌখিবা
পৃথিবীদি মিংথোন্দো কাউদে কনা কাউগনুবা।
নথাকোন্দা থোকখিবা থৌদোক কয়া কয়ানি
শীংথাওম্বা থোর্জৈগী মশীংতনা ক্লাৎপনি।

অহুবুনে অহুবু মালেম লৈমা পৃথিবী,
নথৌজাম্না থৌজান্নু থৌজাল্-হৈবী চানুগনবী।
ভসি কোরৌ সুমিত্তা নংগী ওইবা মারীবু
মতেক অমা থৌগনগে ভমুহল্লুকো লীববু ;
শোয়কম থোকপা ঐহাক্না শোয়রবসু মালেম-ও !
ভাকপিগনী চান্দুনা চানবীহৈবী ইমা-ও !
নংবু শেম্বা মপুনা শেম্নে জাতি মীওইবা,
নংবু খায়রে তরেংথোক মীওই জাতি থম্নবা।
তরেং থোকপা দ্বীপ শিংগী মমিং মথা থোল্লম্মী
জম্বু-প্লক্ষ কুশ দ্বীপ ক্রৌঞ্চ-শাক হায়রম্মী ;
মথংদসু পুষ্কর শাল্মলীবু থোনুবা অম,
দ্বীপ-তি তরেং শেম্লম্মী কংকাল জীব লৈনকম।
জম্বু দ্বীপতি কৌবদো মশুং মাপল থোক্লুনা
মশুং মমিং বর্ষ থোল্ খণ্ড মাপল্ শেমদুনা,
জম্বুদ্বীপকী মহৈবু ম্রাল্হনখিনে থোইদোক্না,
জম্বুদ্বীপকী মথাদা ভারতবর্ষ থাগোম্না
লৈজখিবা মরম্না ধর্ম্ম-মৈরা ভানখিদো
মহৈ-ম্রানবা জম্বুনি ধন্য ধন্য হায়খিদো।
ভরত-নিংথৌ লৈবাক্কি ভরতখণ্ড শায়নৈদো
ভরত মাগী মিংগো তম্ ভারতবর্ষ কৌনৈদো।

ভরত-পোকপী ইবেম্মা শকুন্তলা কৌবীবু
মালেম নংগী নথাদা নাওকোন্‌থিবা য়াম্নীবু
চৌম্থাং চৌম্থাং য়ৈথ্রুনা লৌনয়কপা কুইরেদো
তার তার থুংঙাইবা য়ায়ৌনিদি হায়নৈদো।
অশৈয়াকপা হঞ্জবা ব্যাস মুনি দ্বৈপায়ন
খোর্জৈ মাগী মহৈয়ান য়াল্‌হনখিদো দ্বৈপায়ন।
মালেম কাওবা কালিদাস্ কবি মাগী খোর্জৈনা
লৈত্তেংথ্রুনা লাংখিবা কাওয়ি মগুণ কনানা ?
পীমবিয়ু কৃপাদো মালেম লৈমা লয়েবী
খোর্জৈ ঐগী ইচেল্‌দা থোক্লান্ য়াংত-পাদবী ;
শকুন্তলা পুন্সিদো লৈশি-লৈথোন্ হৈত্রস্থ
খোর্জৈসিনা য়েকচবা ঙম্‌হন্‌বিয়ু অমুকস্থ।
শকুন্তলা-পুন্সিদি ধর্ম্ম-চেন্‌বা পুন্সিনী
ময়ুং-মকেল মহাক্কী ধর্ম্মতনা ওইবনী।
কালিদাস কবিগী খোর্জৈনবু য়েকথিদো
লমহেল্-য়ায়েল্ লোয়নবা পুণ্য-থৌদৌ পাঙবদো।
স্বর্গ-মর্ত্ত্য অনীগী হৈনম্ লৈনম্ তিল্লবা
শকুন্তলা মিংচৎপু তাইবংপান্দা থুদোন্‌বা—
বিশ্বামিত্র মমোম্নোই মমোম্ মাগী মিংচৎলা,
কালিদাস অশৈবা অশৈয়াক্কী মিংচৎলা ?

অথংবনা থংলিনি রায়েন্‌বনা রাম্বেন্নী
তোল্ল' খোর্জৈ ঐগীনা করি হায়বা ওমগনী ?
মালেম নৈমা পৃথিবী পৃথু থাগোম্নরম্বী
নথাকোন্‌গী নচালক্ কোন্‌বীয়ুকো থাগোন্‌বী ।

২

জম্বুদ্বীপতি নৈময়োন্ নৈময়োন্‌গী নৈময়োন্
ভারতবর্ষ কৌরিবা পুণ্যচেন্‌বী নৈময়োন্ !
ধর্ম্মনবু ময়ুং কা ধর্ম্মনমুক কেল্লিদো
ধর্ম্মপুংদি খোদাপুং জগৎশিন্না ভাল্লিদো ।
পুন্সি-ফিদম্ ফিরান্দি নোংদোন্ খেংনা পাইরিবা
কনাবুদি য়াওরিগে ফিদম্‌সিবু লংশেকপা ?
অসিগুম্বা ভারতসে চন্দ্রবংশ নিংথৌরেল্
শকুন্তলা-মপারি ভরত কৌবা নিংথৌরেল্
নিংথৌ মাগী মিংগৌ তম্ খোন্‌খিবদি লম্‌দম্নে
ভাইবং মালেম শিন্থুংনা থংনরবা রাকম্নে ।
দুষ্মন্তগী মরানা হুল্লগবু ওইখিবা
শকুন্তলা-পীবুক্তা মতমচানা নাও-ওনবা
ভরত হায়না মিংথোন্‌বা নহা ওইনা শাকাবা,
মাগী মমিং লৌদুনা ভারত নৈমা কাওখিবা

হুমীং-থানা মুংলগু অমম্বমা থল্লগু
ভরত-ভারত কাউমরোই প্রলয় মৈথু চুরগু।

৩

গাধি নিংথৌ মপারি কুশ বংশ মণিও,
বিশ্বামিত্র গাধেয়, কান্যকুব্জ নিংথৌও!
নতিক্ক নগুণ অচৌবা থাবদনা রাংতৌবা
থৌজান্দুনা ওমহল্লু খজিক্তংদি থাজবা।
চহী কুমশিং তরাচুপ্ পাল্লহুনা মেনকা
শকুন্তলা পোকখিবা মীংচাননা মেনকা।
বশিষ্ঠগী মকমদা মায়থীবদা ঈকাইখি
লমন্ থুমগে নিংখিবা হঞ্জন্নবু মায়থীখি।
বিশ্বামিত্র নিংথৌরেল থুংকন-পাঙল্-চাওরবা
মচা চামা পোক্লুনা থুংকন্নবু পাল্লম্বা,
নোংমা কোরৌ হুমিত্তা বশিষ্ঠগী আশ্রম তম্
অক্ষৌহিণী অমগা লোয়নরকপা আশ্রম তম্
য়োরকপবু মতমদা বশিষ্ঠদি ঋষিনা
বিশ্বামিত্র নিংথৌবু পোংথাদিয়ু হায়খিনা।
মহর্ষিগী য়াথং তা হরাও হরাও য়াজখি,
লান্মী তেঙ্গোল লোয়ননা হুংজাইনবু লেনজখি।

গাধি নিংথৌ মপাগি বিশ্বামিত্র পূক্নীংদা
চিংনববু পোকখিদা ঋষি মতীক উবদা।
অক্ষৌহিণী অমগী সৈন্যম চাকম ওক্নবা
পীববুদি ওয়িবা মতৌ করম ওয়িবা ?
পূক্নীং-শঙ্কা কোক্নবা মহুষিদা হংজখি—
সৈন্যম চাকম থৌরাংবা করম্ হায়না ওমবিখি ?
বিশ্বামিত্র য়াকাবু তারকপদা মহুষি
ওন্নবুদি থুম্লকয়ি গাধেয়দা মহুষি—
করি হায়নী ইনিংথৌ সবলাগী কুপানী
ঐনা ওম্বা পোৎনক্তে শন্‌বীসিগী থৌজান্নী।
কামধেনু সবলা থোক্নীংবদা থোকওগী,
সুরভিগী নন্দিনী মচা নিংবী পূক্কবী ;
ইমা মাগী থৌজান্না ইনিংথৌবু থৌগন্‌বা
ওমজবনী ঐহাক্না ইনিংথৌবু শাৎচবা।
বশিষ্ঠগী পাওখুম তা অপাম্বনা মাংওইরক্
মীগী হায়বা কাওথোক্নক্ মশাগীদা মথল্লক্
পূক্ফত্তবা হৌরক্লে বিশ্বামিত্র নিংথৌদো
ঈকায় ইকি থাদোক্নক কাথোরক্লে য়াকাদো।
শুরভিগী নন্দিনী কামধেনু সবলা
ঐতোন্দবু পীথোক্লো ঐগী ওইগে সবলা।

বশিষ্ঠদি মহর্ষি মমায় ম্রায়খোং মকৃশিনুখি
পীবা ভগ্রোই পাওথুমখি হায়মু হায়না পাওমেনুখি।
পীয়ু হায়বা মারক্ত য়ারক্ত বা মতমদা
মুন্দুনবু লৌরগে খনুখি চপ্পু ঘুংনদা
নিংথৌ-পাজল হূদোকে শোনুজু-ব্রাহ্মণ নমূহৎকে
লানৃগী থৃৎলাই পায়দবা মচা মনাই হাংতোকে,
নমূহনবু পূরগে কামধেনু সবলা
কান্যকুব্জ কোম্নুংদা পূরগনী সবলা।
অশুম হায়না লায়রগা সবলাবু কাখরে
কান্যকুব্জ লমদম পাং বিশ্বামিত্র খোংশামে।
মতম খুদক্ অত্তদা সবলানা পীরাংচেন্
বশিষ্ঠলোম্ য়েংলকয়ি চাংয়েংতনা মবুকচেন্।
মহর্ষিনা হায়রকয়ি, গত্তি করি লৈত্রেদো
অশোনুবদি ব্রাহ্মণী করম লায়না কন্নিদো?
কামধেনু নহাক্কী, মপাঙ্গম্না কন্দ্রদি
উপায় লৈতে ঐহাক্কী লাকথুনবা নিংথৌদি।
ঋষি-ম্রাথং তাবকাল্ মীৎকুপ্পুংগী মতমদা
লান্মী তেঙ্গোল্ মপৈদি পুথোকখিদ: তম্নদা।
বিশামিত্র তেঙ্গোনবু মায়থীহনুথি লায়নবু
নাপল্-চাওবা ক্ষত্রিয় নংজখিয়ে চোপ্পবু।

মপা নিংথৌ মায়থীবা উবদবু শাউবনা
মচাবুঙো চামদো থৌজনৃথিয়ে থীন্দনা।
বশিষ্ঠগী থবাইবু লোগে হায়না হোৎচনৃখি,
মুনিদেব তমবু হুঙ্কার মৈরি থোকহনৃখি।
মৈজাও মৈরি মরৈনা লাম্ম লাম্ম চাকৃথেকখি
নিংথৌমচা লোইনমক উৎপু ওইনা তুমহনৃখি।
বিশ্বামিত্র মথন্নাই রাব পন্দোমৃখিরমদে
তপস্যাগী মপান্না চেনৃগে নিংখি শক্তিদে।
বিশ্বামিত্র কোন্নুংতম্ নিংবা কান্নবা মায়থোংদা
তমদবু পাংখিবা নুংঙাইতনা য়োৌখিদা।
অমতবু ঙায়হৌবা মচানিপা অমদা
লৈবাক-বায়েল্-থৌদাবু শিন্নথোক্লে খুদক্তা।
উমংপাংনা থোঙশান্নী তপস্যাবু হোগৎখি
চাবা থকপা থৌওইদা অকন্ তপ্স্যা তৌখৎখি।
প্রলয়কর্ত্তা লৈথীঙ্গায় মহাদেব শঙ্কর,
শঙ্কর্ মাগী থুয়াদো নিংখি কৌনা শঙ্কর।
পেন্নহৈবা আশুতোষ্ কায়নখংদা থুংলখি
নিনিংবদি বরদো লিক্নৌ হায়না য়াথংখি।
মহাদেব য়াথং তা বিশ্বামিত্র তপস্বী
রহস্যগা মন্ত্রগা ধনুর্ব্বেদ পিবিসি

হায়নবুদি হন্দংখি বিশ্বামিত্র নিংথৌদো,
মরাহৈবু তাবদা নিংবা থুংজৌ হায়খিদো।
মতৌ অসুম থুংলাই কং গাধি নিংথৌ মচাদো
বশিষ্ঠগী আশ্রম্ তম্ পুক্নীং লুম্না য়ৌখিদো।
মহর্ষিগী আশ্রমদো লোয়না তুম্না মাংহনখি
মুনিদেব বশিষ্ঠ মৈবু হৌনা শাট্টরকখি।
ব্রহ্মদণ্ড থুংতা পায় হোংচল্লকখি মমাংদা,
বিশ্বামিত্র তম্নবু থুংলাই থাগে খনখিদা।
মতৌ অচ্চ উবদা বশিষ্ঠদি মুনিনা
থুংলাই পুম্বা মাংহনখি ব্রহ্মদণ্ড মপান্না।
বিশ্বামিত্র ওকথরে ব্রাহ্মণগীবু মক্কমদা
ক্ষেত্রি মচা মায়থীবা মায়থীববু উবদা
ব্রহ্মবলগী মক্কমদা ক্ষত্রবলদি কান্নদ্রে
ব্রহ্মবলবু কংনিংলে ক্ষেত্রিবুদি ওইনিংদ্রে।
ব্রাহ্মণত্ব ফংনবা অক্কনতপ্পু তৌনিংলে
নৈমা রাণী লোয়নবা তপস্বী ওমং খোঙশাল্লে।
শীংনায়দবা কুমজাদি কুমজা লীশিং কয়াদো
কন্না তৌখি তপস্য পুক্নীং চপ্পু লেপ্পদো।
নোংজু জুংশা থায়খিদ্রে তুম্বা চাবা খংখিদ্রে
তপস্যাগী ময়ায়না অরাম্-খোরাং নিংশিংদ্রে।

পীক্লবদি মরানা পোকখায়রুমা ময়োন্ চোং
উজাও পামেল্ ওইনবা হেন্নকপদি ময়োন্ চোং
মতুগীবু পাংখক্লে বিশ্বামিত্র নিংথৌমা
তপোবনবু কংলকপা নোংমা নোংমা হেঙ্গৎনা,
তপ্‌কী মতোল লোয়্নকপা ব্রহ্মা পেন্‌বা ঙমজরক্
লেংবিরক্লে ব্রহ্মানা বিশ্বামিত্র ওঙ্গিরক্
জগৎপিতা ব্রহ্মাবু মমিৎ মাংদা উবদা
শাংত্রোক শাংমা খুরুম্মী খুয়া উফুল নিজেদা।
তপস্বীগী মতৌবু উক্লবদা পেন্দুনা
ব্রহ্মা য়াথং তাওথৈয়ে বর পিগে হায়রুনা।
ঙসিদগী নহাক্না রাজর্ষিবু ওইজরো
জগৎ শেম্বা মহাকী নিংববুদি থুংহল্লো।
রাজর্ষিবু ওইর-তুং তপস্যাদি লেপ্‌খিদে,
থোইনা হেন্না কল্সিন্না তৌগে হায়না নিংবদে
কনানবু থিংগনি কনক্ চাওবা নত্তনা,
কনক্‌পীবা কনাসু লৈবিরমদে থিতুনা।
মতৌ অসুম তৌরুনা নোংমা নোংমা হেন্দৎনক্
মৈথন্তবু শাহনুবা নাইজ মান্ন পাথৎনক্,
ব্রহ্মা অমুক লেংলক্লে বর পীগে হায়ররে
ঙসিদগী হৌরুনা ওইরো ঋষি তাক্‌পীরে।

ব্রহ্মা স্বাথং ফংবদা সুংঙাইবনা লোইখিয়ে।
তপস্যাদি অকনবা তোকখিরোইবু হায়রখিয়ে।
ঋষি ওইরক্ কাল্সিদা সোরারেন্গী অপ্সরা
ভগোইশাবী মেনকা লমশা-শাগৈ অপ্সরা
বিশ্বামিত্র ঋষিগী থম্মোই চাংবু য়েংখিদা
ঋষি থম্মোই শিথখি মেনকাবু উবদা।

মেনকাগী মীৎচিনা মদন্-তেনবু কাপ্লম্মী
ঋষি থম্মোই থুরবু কাম্গী তেঙ্গৈ চংলম্মী,
ঋষি লীচৎ থাদোক্লক্ মেনকাদা য়েংলম্মী
নিংকম্ হোংবা ঙমখিদে উচুক্কুম্না লেপ্লম্মী।

থম্মোই মিহুন্ ফ্রিং-ফ্রিং চোং থাঙ্‌বথুদি ঙম্মদে
পাম্বোম অনি তিংথোক্লে কোনুগে হায়নু হায়ঙমদে,
তঙক্ তঙক্ য়েংলম্মী তনিক্ তনিক্ নীক্তুনা
হৈথোই-শিংথোই-ঙম্জবী মেনকাবু পামহুনা,
লীনবুবগী লাইরাম্বা তুহৎলবা তাঙ্‌জগুম্
বিশ্বামিত্র তুক্থৈয়ে কৈস্নু ভোবা ঙম্দগুম্।
মতাং অসি য়োঁবদা মেনকাদি কোবীদো
বিশ্বামিত্র মনাক্ চং থাগোম্বনা কোনখিদো।
তপস্বীগী তপস্যা তুংওইননা তাথরে
মেনকাগী শকুন্তলা নিংন-শকপু ওইথরে।

পূকমেন্ পাওমেন্নছনা হৈজা হৈণন্নছনা
অমীনবু অমা ওই নিংনপাক্তা তাওনৈনা।
চহি তরা যুম্বাম্ন লেনুমিন্নথি অমীদো
লেনুমিন্নরিবৈতছদা তাওজিং হৈরাং য়ানুখিদো।
লেম্না মাংবা য়াত্রবী মমোম্লোইদি শকুন্তলবী
মেনকানা ফংজখি নোংদম্বনা থারকপী।
পোক্লকপদা তায়রিবী অঙাংসিবু হুন্দোকখি
বিশ্বামিত্র মেনকা মহৈ মহৈ চৎনাখ।
বিশ্বামিত্র ঋষিনা কৌশিকীগী তোর্ব্বান্দা
তপস্যাদা লূপখিদো মেনকানা স্বর্গদা।
পম্লেম্-পম্হৌ অমীনা হুন্দোক্লম্বা অঙাংদো
লাইনা থাবা উচেক্না মচাশুম্না য়োকখিদো।
উচেক্নবু কোল্লিবৈ কণ্ব মুনি থেংনখি
মচাশুম্না য়োক্লবা আশ্রম্ তাম্না পুশনখি।

## ৪

মালিনীগী তোর্ব্বান্দা কণ্ব মুনি আশ্রম্দো
ধর্ম্মারণ্য কৌবদো পূক্লৌং হূনা লৈবদো
আশ্রম্হুদা পুরকখি ঋষি মমোম্ অঙাংবু
শকুন্তলা মিংথোনখি শকুন্তনা য়োকপীবু।

শুক্ল যজুর্ব্বেদগী স্মৃতি লেংবা মুনিদেব
কাণ্বায়ন গোত্রগী পুকোক্ পুহন্ মুনিদেব
শকুন্তলা মমোম্নু পম্বৌ শক্না য়োকপিখি
পম্বৌ পমেম্ শক্তুনা চাওমববু য়োকৃপিখি।
কণ্ব-মুনি-আশ্রমদা পূকচেল চাওবী কয়ানি
কণ্ব মমোম্ য়োকৃপদা থয়াই চংবা ভাক্তনি।
শিষ্য সেবক লোইনমক কণ্ব-য়াথং হৈয়খি
থবাই মঙা য়াওনবু অঙাং য়োকপা য়াওজখি।
পমেম-পম্বৌ য়াংতগুম্ নোংমা নোংমা চাওরকৃয়ি
অয়েং-মীংকী পেমঙাই পেমঙাইবু ওইরকয়ি।
মালিনীনা-থাগোনবা কণ্ব-মুনি-আশ্রমি
শংবাম্নবা উনাগী পামেন-হৌবা লমদমি।
পামেন্ উশা উশাদা পোম্বী চেক্লা কয়ানা
মপু গুণবু শক্চৈদো পুক্নীং হুবা সুয়না।
উরি-পামেন্ য়েৎননা লৈরাং থোগন্ ত্তৌরিদো
লৈরাং-লৈশাং ফজনা শাংলি কনা মকমদো।
ঋতু থোঙথাঙ তুংইমা পামেল্ শক্তম্ ওনজরি
লৈশক্ লৈচু মথেম্না ঋতু মশক্ তাকৃচরি।
শজি শঙাই থিবিক্না মীকোই হঙ্গোইনদেদো,
শাদানবগী ত্তেঙ্গেথোন্ নোংমতস্নু তাদেদো।

অকি-অথং লৈতেদো হয়াও হয়াও চেথৈদো
মীগা শাগা পূকচেন্ তিন্ পুম্লপ্ পুম্লপ্ চৎচৈদো।
অহাংলাল্গী লায়রাওদো তাববুদি ফংদবা
সামগায়া শৈশক্-ওই শাস্তি খোন্দ তাজবা
উখোংরাখোং উরুম্রাং ঙুংশা মৈশা থাংনৈদো
মালিনীগী হীদেন্দা লাইজ থম্না থকচৈদো।
মৈশা লাংবু কোকৈক্লেদো মীগা শাগা হীদেন্-তিন্
শানা থায়দো শারমচং মীগা শাগা থম্মোই-তিন্।
লম্নাম্বনা উবদা ঙকুত্তববু ঙমদেয়ে
অনৌবদি জগৎনি অঙকূপনি হায়নৈয়ে।
য়ামৌ শক্তি মরক্তা পোম্বী চেক্লা খোংবদা
পূক্লীং নৌনা নৌরকপা ঙুংঙাইনবু পামৈদা।

শকুন্তলা মুজাদি হোম্ হোম্ লাউমা চাওরকয়ি
প্রিয়ংবদা খোন্থুম্বী শেমহনা লৈরকয়ি।
অনসূয়া পূকশেংবী খোয়থা-লৌনথা-থাদবী
মতা অনি অসিগা থামদনা লেনজবী,
লৈরাং লৈকা-কনবীনা কলক্লবু কজেদ:
থম্বাল্ থাজ অনীনা য়োবা য়ানা নিংথিদা।
খোইমু লাবা থ্বাংজেংবা লৈহি চুপ্পা হৈগনবা
শকুন্তলা মায়থোং উ লেপ্পি লৈহি চুপ্ চবা,

মপোক্সিদা উন্ত্রিবা লৈরাং অমা শাংপদি
কদায়দবু লোংলুবা হায়না থল্লি থাইমুদি।
মায়হিং-ক্ষাবা থাজনা শকুন্তলা উবদা
নোংগী মক্তম্ লোংনিংঙি ইকাইজবা মতাদা।
মায়হিং কাজদরিবা থাজ অমা লৈরদি
পান্দম্লবা য়াগত্রা শকুন্তলা শকক্ষম্দি !
চৌংখৈ ফীদূপ্ হুনবা কাল্ ইমুং সোরা তৈবদা
লৈরাং থম্বাল লৈকা কল্ শাংচ-নোক্চনিংবদা
শকুন্তলা মায়থোঙ্বু উরুববু থোক্পদা
লৈরাং থম্বাল্ লৈকা-উম্ উম্শনগেবু নিংজৈদা।
কোয়োহনবা মবুঙো থম্বাল মায়থোঙ্ কাওথোকপ্রা
শকুন্তলা মায়থোঙ্ য়েং চপ্পু লেপ্পা লৈথোকপ্রা ?
শিংঙেল্ কনা লৈবগে শকুন্তলা লম্বাবী,
শিংঙেল্ লোইনা থুন্দিম্না শক্তাচুদা থাংদোকপী,
লোইনমক্না পুম্ত্তিন্ তিন্ থুদোল্লকপা মতাগুম্
হায়নঙাইবু লৈস্তনা ওইখিদকো কজ্রগুম্।
কজৈ কজৈ হায়নৈদো সন্ধ্যা-য়াচং-লাইরেম্বী
ঙাংঙানবা নুমীৎনা লাইবক্-লৈতেং-ওইরিবী,
মহাকবু শীংথাবা শীংথানবা য়াগত্রা
শকুন্তলা শককম্না থোইনবুদি হেল্লোইত্রা ?

স্বর্গ-মর্ত্ত্য অনীগী ইয়ীক তিম্না ওইখিবী
ঋষি গুম্হৎনরিবী মেনকানা পোকৃখিবী,
শিংঙেল্ লৈরাং কনানা মনাক লেপ্পা ঙমগনী
শিংঙেল্ হৌনখংবীনা মমায় ফিরাক থুমগনী।
ব্রহ্মা আদি কবিনা য়েকপবৃদি ঙম্গব্রা
কৃপা-ফংবা ব্যাসনা শীংখাবদি ঙম্গব্রা ?
কণ্ব মুনি মমোম্লোই শকৃহেন্বীগী ফজবা
কালিদাস খোর্জৈনা ঙম্মথৈ য়েকখিবা
অতৈ খোর্জৈ কনানা ঙমগবনো য়েকচবা ?
অরেম্বনী অরেম্ব: অতৈনবু হোৎনবা !
গভি ইরৈ লৈতন: হায়ত্নদা ভোকনী
'ফজৈদকো ফজৈদা' হায়রগদা ভোকনী।
থোৎনা নৌবী ভনৌবী নুজা মাগী মথোৎনী
নবনীগুম্ নৌবরা, নবনীবু হেন্বনী।
শিংঙেল্ লৈরাং খুম্দম্না অথোৎ-অনৌ খায়নরা
শকুন্তলা নুজাদা কুবিখিবা মতাম্না !
থোৎলী নৌয় নুজাদো লীক্লাই-সুংশেল্ লংগুম্মী
মমাঙ্ তাবা পোৎলম্গী মমি লংনা তাগুম্মী
আশ্রম্-উমং থৌগন্বা লরি হুম্বা মালংবা
মালংবগী শহুম্নক্ হোম্ হোম্ লাউনা চাওরকপা।

নোংমা নোংমা হৌখিবা চহি কুমজা কয়াদো
হৌখিববু খঙ্হৌদে সুজা মখোক্ কাখিদো।
মতা অনী লোয়ননা মুনি-য়ুম্বান্ তেঙ্বাঙ্খি
হৈকোন্ লৈকোন্ শেমহ্না হৈরাং লৈরাং কহন্‌খি।
শিনি হায়বা কাউথোক্-কাল্ মখোক্-কাবা মতম্গী
আশা ময়োল্ চোংবগী লোয়গন্দবা মতাংনী।
সুংঙাইবগী ইপাক্তা তাওহ্নদা লৈনিংঙি
যৌবন্ চহী মতাংন সুংঙাইবতা খম্নিংঙি।
লৈরাং পাম্বী খুদিংদা লৈপাল্ কনা শাংলম্রি
শকুন্তলা লৈকোম্দা লৈরাং নিংথি নোকচম্রি।
য়েংবগীবু পেম্নাইদে পেম্নাইদবা তাইবংদা
কণ্ব-মুনি হন্নাওক্তে মযোম্ লৈরাং য়েংবদা।
মতিক্চাবা কনাগী মথুত্তবু তারবা
মাগী লৈরাং চান্নাসি তোয়না তোয়না খঞ্জেবা!
খনৃবমখৈ খল্লগা লাইনা তম্বা লাকনী
নোংদম্খোনবু ঙাইবা তাই খল্লুহ্না কদৌনী—
অসুম হায়না পূক্খেম্মী কণ্ব-মুনি জ্ঞানীদো
কনাদসু হায়দোক্তে তুম্মিন্ য়েংনা লৈখিদো।
মচম্নুপী গৌতমী গৌতমীদা হায়রম্মী
চেক্শরবু ব্রারকৃউ ব্রাভেম্মুকো ভাক্লম্মী।

নোংমা শোইরোয় চৎপদি শকুন্তলা নহাসে
মচিক্ চাবা চাদবা লৌনি শোইরোয় মহাসে।
হয়েং মীগী ময়ুমদা হৌন শীচৎ কায়রদি
মিংচৎথীবা ওইগনি ঐখোয় লোইনমকীদি।
উমং রামং-চাক্তাবী শায়ক্ তায়ক্ চাওরক্পী
পলেম্-পম্বো-কোম্দবী চাক্লীলক্তা য়োক্লক্পী
চাক্চা-ফিজেৎ লৈদবী খৎয়েং-খৎওই-নাইদবী,
করি হৈগী লৌরুবা মঙাক্কুবী অপংবী।
অসিদগী হেন্সু কয়া কয়া হায়খিনি,
রায়ক্-রাতেম্ঙহোকো নত্রবদি শোয়জনি।
কণ্ব-য়াখং তাবদা গৌতমীদো হয়াওখি
চেকশঞ্জবা হেঙ্গৎখি শকুন্তলা শেন্নখি।
প্রিয়ংবদা মতাদা অনসূয়া সখীদা
গৌতমীনা পাওমেন্খি দিবানিশি অনীদা।
প্রিয়ংবদা খোঙ্হুম্বী অনসূয়া পুক্কবী
খোঙ্হুম্-পুক্শেং অমনা অনীবুদি খোক্খিবী,
নত্তা শকুন্তলাগী পোইরৈ খোঙ্খাঙ্ শেন্নসি
লেয়া মাঙ্বা য়াদবী মহাক্নীবু খঙ্নসি
অয়ুক্ নোংতানুবদগী খোয়েন্ তুম্থুল্ হনুবকাও
খৌদা-শিন্থা কম্দৌনি তাকে ঐহাক মতুকাও।

নখোয় অহম্ চুংশন্ন মুন্নবুদি তাশল্লু,
হায়বা ইনুবী নখোয়নী থম্মোই-সুংদা লোৎশল্লু।
সুপী ওইবী ঐখোয়দি চৎকনীদো মীয়ুমদা
মুন্নানুবীদি যুম্লৈমা ইমুং-মন্নুং কৌনৈদা।
ইমুং-মন্নুং ওইবীনা মখোণ্ড্ মরম্ হূক্তদি
কাংখোং চাইবা শোয়দেনে হৈখোইশিংখোই
নঙ্গদি।

হৌজিক মুমদা লৈরিবৈ শিন্থ। কৈনো থংজনুসি
মউরদা য়াহৌকো নশা-নউ শেংদোক্সি।
সুমাং খেন্নোং নাম থম্ য়েংলকপদা লূহনসি,
তুল্সীবুংবু কোয়ন্নিবা হৈপাল্ লৈপাল্ কয়াসি
লাইজ ঈশিং থিক্তনা ভেখৎহনবা কাউকদে
হৈয়াং লৈরাং নিংতকপা য়ানবনী শোইকদে।
মুমদা লাকপা অতিথি তরাম্ তরাম্ তোগনী
খোংহায়বা পোৎলম্বু থুনা য়াংনা পুখোকী।
চরণ-সেবা তৌদুনা অতিথিবু পেলহনব।
মুন্নানুবগী মজ্জনী তোধা তাইকো পেন্নবা।
কণ্ব মুনি আশ্রমদা মতীক ময়াই চেন্নবা
লাকয়ি কয়া সন্ন্যাসী মীপোক্ মীহিং তন্নবা,

খোংকম্ অমা শোয়বদা উংপূ ওইনা তুম্‌হনুবা
অহুগুম্বা মীভাম্ব কয়া অম লাক্লিবা।
পেল্লগদি মখোয়না মপোক্ মপোক্ খুদিংদা
স্বর্গ-মুন্নান্ কংহল্লি নীংঙক্ নীংঙক্ থুংয়িদা।
নখোয় অহুম্ কাউকদে প্রিয়ং নংগী খোঙ্গুম্বা
শকুন্তলা লৎপদা ওক্কদৌনি তরাম্না।
অনস্থুয়া নহাক্না শকুন্তলা ঙাইদনা
ইরাৎ-পোৎলম্ পুখোক্পা তৌগদৌনি থীন্দনা।
অতিথিবু লাৎনবা লোইরিবদি শন্বীসে
লুনা য়োক্পা নখৌনী তাশল্লুকো হায়রিসে।
মতমচানা শঙ্গোম্ শুম্ থম্জন্‌গনী নিংথিনা
অতিথিবু লাক্পদা পুখোক্লবা থীন্দনা।
অয়োক্পদি শজিসে মমা শক্লা শেম্মনি
মীতোপ্ মীয়াল্ উরগা কিদনবা হোৎননি।
লৈরাং খুদিং চংহনা লৈহেক্-লৈচল্ থীহনা
মালা-পরেং লেংগনি লাইদা কৎলু নোম্লুক্লা।
মালা-পরেং প্রসাদী অতিথিদা কৎকনী
অতিথিবু লাক্তুগা শিণ্ট নশক্ কাগনী।
লৈগী নাচোম্ শেম্ববা লৈরাং মথেন্ মথেন্নী
জাতি যুতি মালিকা চিনিচম্প্রা গোলাপ্পী,

বকুল অক্কোদ্ শনাইরৈ নাগেশ্বর মাধবী
আতর গোলাপ্ কবিরৈ শিঙ্গাইরৈদ শক্হেনৃবী ;
লৈহাও লৈরেল্ কেতুকী মোদোইরৈদি লৈমুংশি,
কংকাল-লৈতেং লৈরাংশিং করম হায়না শিংথাশি ?
লৈরাং লৈশক্ য়াম্বনা শীংথংববু ঙমত্রেদা
কংকাল্-ঙানৃবী লৈরাংশিং মথোয়সিদা নত্তেদো।
লাইজ-ইপানৃ তাংজবী থরো থম্বাল্ লৈরাংদো
আশ্রমংগী পৃথ্রিদা মথল্ মথেল্ শাংলিদো।
লৈরাং খিবিক্ অসিদি পৃঙ্গা পোংলম্ ওইনিয়ে
লৈরাং লৈকা কম্না নোক্ নাপ্প নাপ্প থম্নীয়ে।
লৈরাং-ভথোং মতৌ তম্ থোংচববু ঙম্নিদা,
লৈপাল্ ঈশিং চাইবদি নথৌবুদ ওইয়ুদা।
খোল্হায় খোম্দা কজৌকো ইংনা তপ্প চংলুকো
তহা তহা ভকিংবা মুপী নাত্তি নত্তেকো।
ইকায় হজোই মচি-থুপ্ চংচবদি তম্দৌনী
মুজা লৈতেং হায়ববু মচি-মরুম্ থুপ্পনী।
খেখে লাউবী কনাগী মতৌ মরাং তম্ফদে
নরায় হাইগং মিংয়েংদি ফজ্জববু কৌনদে।
নরায় নৱা লুক্রচং অহল্ লমনৃ লুন তৌ
মীনা হায়বা রা তাওকো থম্নি থাসি থংন তৌ।

শক চুগা অনীপুন্ ৱাহৈ খোন্‌কম্ কজখোক্
অচৎ-অওক্ খুদিংনা খাগৎনকম্ ওইনা খোক্—
মহুতশা সুজাদি নখোই অহুম্ ওইয়ুদো
মুনি দেব খম্মোইদা হয়াওনবা তোজোদো।
মগুমবু ৱারক্‌খি ৱাত্তম্-হৈবী গৌতমী
হৌনখংবী অহয়া হায়ন-জান য়ারম্মী।

৫

দুষ্মন্তদি নিংথৌয়েল্ চন্দ্রবংশ-মণি ও
ভরত্-পম্বৌ ওইখিবা নিংথৌ নংগী ৱারীদো
মত্তেক্ অমা থৌগন্‌গে থৌজাল্ মরীক্ পীবিয়ু
লাম্ল' কাদা ওাক্‌পীয়ু য়োল্ল কাদা কন্‌বিয়ু।
ঐতি নিংথৌ মপারি দুষ্মন্তদি নিংথৌনা
খোংমী লান্মী লোয়ননা শাদান শাফা লেংহিনা।
অস্তুম্ অস্তুম্ থৌজৱক্ কণ্ব-লম্‌দম্ য়ৌখিদো
লান্মী তেঙ্গোল উবদা বোন্‌গী শক্তি শওাইদো
মিহুন্ থাহুন্ থগৎলী মায়গৈ শলাই খঙ্‌খিদে
থৱাই হিংনিং মিপাইনা লৈকম্ লাংকম্ খঙ্‌খিদে,
আশ্রম্ মপান্ য়ৌবকাল্ কির থোক্লী খল্লুদ
দুষ্মন্তগী লোইন্‌শিং শাদান্ শাহন্ হুন্‌খিদ!

অপায় অপায় খুৎলায়না হৈজ হৈজ খুৎকাওা
শাদান্ শাফানিংছনা শেম্শাখিদা খুদক্তা।
অহাৎলাল্গী খোদোনি মীকোইদবা য়ারৌশিং
কয়বুদি হঙোইখি মাঙ্খি লোইনা মরোশিং।
য়ারৌ শাগী ইয়াংউ আশ্রম্-তাবা-তাবীনা
ইওক্ ওক্না লৈনখি করি থোক্লে খঙ্দনা।
ওসি কোয়োহনুবগী হুংশা মৈশা কনূবরা
শজি শঙাই খিবিক্লা খাঙওমদনা শাবরা ?
করম্বগী মৈশানো মওন্ মওন্ খল্লম্মী
মহৈ মহৈ পাখৎনৈ তৌকম্ খংদা লৈরম্মী,
কণ্ব-শিষ্য খিবিক্লা কণ্ব-লৈত-কাল্সিদা
আশ্রম্-উমং ওাক্লবা উপায় তম্না খনূখিদা।
মিহুন্ চেনূগুম্ চেঙান মিপাইনমা লৈনৈদা
শজি শঙাই চেঙ্গিসে করি তৌরে হংনৈদা।
শজি মচা অমদি ওস্মথৈ চেল্লম্মী
শিষ্যশিংনা লৈরিবা মায়কৈরোমদা তম্লম্মী।
মতুংদবু ইল্লম্মী শাদানূবদি অমনা
য়ারৌ য়াইবী লোদোগী কয়বুদি তানূখিনা।
শাদানূবদি অচম্বা কনা অমা নৎলম্দে
নিংথৌ সম্পোদ্ খোম্দুনা শাদানূবনা লাক্পদে।

শিষ্য ময়াম্ খন্নখি মনিংতয়া থৌরবা
থৃংকন্-পাঙল্-কন্নবা মীকি-লাইকিবিগ্রবা,
নিংঙকৃপদা অঙাংমাল্ তৌরকপদা থাম্বীমান্,
বোন্চম্ আশ্রম্ থেন্নবা খঙ্ন খঙ্ন খঙ্দমান্,
তেজৈ তেঙ্গা থোংছুনা লীচিং কম্না চিংলিবা
শোয়রোই নিংথৌ ওইগনি, খন্থি করম্ থাম্লিবা
থাম্মুরগা শাউদোক্লম্ থোইনা হেন্না কায়বথোক্
নিংথৌ থৌগল্ খঙ্দগুম কৈস্রু লৈত ওইবথোক্,
নিংথৌ শাউবা মৈরিনা শরা শন্ন লান্নবা
আশ্রম্ পুম্বা চাক্লদি মহুনমুক কম্দোবা ?
মতম চানা থাম্গ্রগা য়ারৌ য়াইবী মাঙলনি
আশ্রম্,মগুণ হম্হনি শাদান্-উমং ওন্থ্রনি।
মতৌ অসুম ঙকৃচানা বুদ্ধি লৌশিং মাংবদা
খঙ্হৌদনা থোকৃখিয়ে অখাম্-থোন্দি তম্নদা।
য়ারৌ শাবু তাল্লিবা অঙম্বদি কনানো,
তপ্খবিম্বু অমুক্তং করি মতৌ কৌবনো ?
কণ্ব-মুনি ধর্ম্মাশ্রম্ তপোবন্নী মকমসে,
খরাই লৌগে তান্বিরি আশ্রম্-তাবা য়ারোসে,
য়ারৌ শক্তি মচাসে অয়োক্শানি ঐথোয়গী
য়াইবী খরাই কম্নবা লাক্লি নাক্তা মপুগী।

য়ায়ৌ শক্তি মচানা য়াইবী থৱাই থাবদা
মপু মাপী থৱাইশু থারগনি তম্দা।
কণ্ব-মুনি মমোয়োই পেৎনা নৌবী মুজাদো
অয়োক্শাবু থিরনি তকিং তকিং নহাদো।
মশক্ নভৌ ঊবদা নৈবাক ভাকৃপা নিংথৌরেল্
নিংথৌরেল্দি হুম্মন্ত মাঙ্গিদকো নিংথৌরেল্।
অশোন্-অনা কনুবনা নিংথৌ থৌদাং ওইবনী
অকি-অথং কোক্হনুবা নিংথৌ শিন্থা ওইবনী।
অয়োল্-অরাল্ নৈরসু ভাকৃপীগনী থৌজাম্না
রাজ-ব্যভার্ থংজদে ভাকৃপীয়ুকো নওম্না।
কণ্ব-শিষ্য য়াকাতা নিংথৌ তেঙ্গা হন্দোকৃয়ি
থোঙ্খাঙ্ থংতপ্ তপ্খি শিষ্য তম্ন হায়রকৃয়ি।
শাদামিংবা ময়ায়না আশ্রমীবু খল্লুদে
জীব-হিংসা তৌহনা মাংথোকনী খল্লুদে।
কণ্ব মুনি তপোধন করি হায়নি মুনিনা
মুনিদেব মকাদা লংজরুরে ঐহাক্না।
মুনি মাপী মকমদা ভাকৃপিয়ুদি হঙ্গৎকে
থংদবগী মরাল্দি লৌবিগনু হায়জগে।
কণ্ব-ঋষি মনাকৃতান্ তম্বুদি পুবিয়ু
ঋষি মায়থোং ঊবদা পাপ্ কোক্নবা শীন্বিয়ু।

নিংথৌরেল্লা য়াথংবা য়াথং-য়াকা তাবদা
শিষ্যশিংনা খুল্লকয়ি লেংশল্লসি আশ্রম্‌দা।
গুরুদেব ঐখোয়গী আশ্রম্‌দবু হল্লক্তি
আশ্রম্ থাদোক্পিখিবা মতম্ থোইনা কুইরক্তি।
অতিথিগী সেবাগী ৱাংপবুদি লৈরোইয়ে
মচা মনাই ময়াম্মক ৱাংতনবু লৈরিয়ে।
নিংথৌ-চয়ণ শেংনবা ঈশিং খুজোক্ লৈনিদা
হুংথা মৈশা লাংলুবা অল্লা পোক্খোক্লনিদা।

য়ারৌ শক্তি তান্‌বগী ৱারুবদি পুজোয়দো
লাইজ-ঈশিং কাল্লগা কাউথোকপবু ওয়িদো।
লেংশল্লসি থৌগন্‌গে ওাইহাক পুঙ্গোয় পোথাসি
হৈপাল্ লৈপাল্ য়েংলগা পোথাহনা লেল্লুসি।
শিষ্যশিংগী য়াকা তা নিংথৌ তম্না খোংদোইহন্
আশ্রমুংগী মায়কৈলোম্ চংশল্লকয়ি খোংদোইহন্।

য়েন্নৌং-হন্না ঋতুনি হুংওাইরবা হুংশানি
পুল্লৌং হুবা মতৌগী ঋতু শক্তম্ তম্বনি।
হৈয়াং লৈয়াং থিবিকী হৈণম্ লৈণম্ হুংশিরে
নিংথৌ পুল্লৌং লাংনবা শীনুবগী ওম্ মতৌরে।
মতৌ অসুম্ চংশল্লক্ নিংথৌ তম্না য়ৌথিদা
হুংশি-হুংওন্ লাংথাক্তা থুননবা থুংথিদা।

সুংশিলাংদি লাংলেন্ ওই কণ্ব-থাংপোক্-ভান্-থা,
হৈকোন্-হৈরাং-হৈকোক্ ওই শিংঙেল্-লৈরাং
হেনৃক-থা,

লাইরেম্বীনা শাইওন্‌বী শকুন্তলা মযোম্মোই
নিংথৌ মিংস্না থুকহন্‌খি কোরৌ মঙান্-তথক্ ওই,
নিংথৌ থমোই লুরবা ওইখি মদন্ লৈওনকম্
দেবাসুর চংহনা নৈনবগী নৈনকম্।
মমিৎ পান্না মিংঙাংবা সুংশি-ইথৌ লাংকবা
ওইদোরিত্রা হায়হনা থম্ববু ঙমদবা,
কিভম্ মঙাঙম্‌খিদা হুম্মত্তদি নিংথৌদো
তৌকম্ লাকম্ থংদনা সুংবংননা লৈখিদো।
মিংকম্ হোংবা য়াখিদে রাশিসুংদা ইরাকখি
রাশিসুংগী ইয়াম্বদা তম্ফা য়াইবু খিজখি।
সুজা মাগী পীশুম্না পঞ্চবানবু ওইখিদা
নিংথৌ থমোইলকা পান্ থুম্ববুদি চংখিদা।
মদন্-তেঙ্গে চীন্দুম্বা শংত্তোক্লবা অমাইবা
কথায়দবু খিরুনি কোরুবদি অবাবা?
সুংবংলিঙৈ অশুম্না প্রিয়ংবদা খোম্হুবী
তরাম্ তরাম্ হায়রকয়ি খোন্দা থানা খোয়থুবী।

লেংশিনৃবিসি অতিথি থুদায়োমদা নায়ায়ণ-
সেবা মতৌক চাত্রস্নু শাকৃপিগনী নায়ায়ণ.
গুরু কণ্ব-লৈত্তেদো সেবা মতৌ হৈত্তেদো
অহল্ লমন্ লোইনমক্ অমতস্নু উদেদো।
মুক্তা নহা ঐখোয়নী করি খংদা লৈবনী
ডাকৃপী হৈবা গুন্তনা ডাকৃপী থৌজানৃবিগনী।
অনসূয়া মত্তানা নিংথৌ থুদা থাজখি
থুদাখক্তা লেংশল্লু নোল্লুক্লনা হঙংখি।
অতিথিগী চরণ্বু শেংদোক্লবা লাইজদো
অনসূয়া সখীনা তম্নবৃদি পীরৈদো।
প্রিয়ম্বদা চৈশিংবৌ নিংথৌ ইথৌ লাংবদি
কোক্লনবা হায়ত্নুনা পুরকৃশিদো লাইজদি।
অরাম খৌরাং কোক্লবা উটৈ হৈজিং কারবা
নিংথৌ মাংদা কংখিদো খরদংদি লৈজবা।
কণ্বমুনি মমোয়োই শকুন্তলা দেবীদো
ইকাই হাঙ্গায় ঢামনা পৃক্লিং লাংতক্লখিদো।
বাডাংবব থোকৃখিদে মূনা মূনা য়েংজখি
নিংথৌ-মাইথোং-থাজদো খোইদাজনা য়েংজখি।
তম্মত্তদি নিংথৌনা আচমনৃব তৌরগা
অরাম-খৌরাং কোকৃহনৃখি উটৈ পেন্না হায়গা।

মতৌ অসুম্ হায়িবৈ হুরান্ মীংয়েং তারিবৈ
কণ্বশিষ্য খিবিরা নিংথৌ কাদা হন্‌দৈ—
হিংচা য়াইতম্‌শিংনা ওৎপ নৈবা শীংনাইদে
তুশোন্-মানশোন্ ঐখোয়বু কিহল্লিদো তোয়নদে।
যাগ যজ্ঞ তৌজবা নিংবা থুংনা ওমজত্রে
তপ্পা হৈংনা খোয়দানা লাইনিংববু য়াখিত্রে।
তপোবন্‌দি উমংসে ওনখ্রে রক্ষশায়বুও,
দৈত্য দানব শিংশীদি ওইরে তোইনা মীওৎপুও।
মতম্ বানা লেল্লকপা লোইদাম্ থাবুম্ য়ারেল্লদো
নিংথৌ খোঙ্ দাবিরকপা অয়া কোকপা য়ারেদো।
অসুম্নবু থন্দুনা নিংথোম্বেল্পা হন্‌দৈ।
কণ্বশিষ্য ময়ায়া নিংথৌ কাদা হন্‌দৈ।
বল্পা তাবা মখোয়গী হন্ৎলকপা তাবদা
দুষ্যন্তদি নিংথৌদো তম্নদবু খুমখিদা।
মুনি ঋষি ময়ং'সু ওাকপা শেনবা ইথৌনি
মীওৎ মীহাৎ তৌববু য়ারক্-চৈরাক্ তৌগনি।
হিংচা-য়াতম্‌শিংসিবু লাকথুনবা লৈগনি
কোম্নুং থাদোক্ কুইরসু কুইনা কুইনা লৈথিনি।
য়াবিরসু হৌজিক্তি আশ্রম শান্তি ওাকনি
যাগযজ্ঞ নিংতম্না তৌববুদি য়াগনি।

নিংথৌ য়াকা তাবদা তপোধনদি ময়ামদো
পূক্নিং হরাও থাগৎখি নিংথৌ শান্তি-ঙাকপদো।
তৌবিমল্দি কাউজরোই তপোশক্তি ঐথোয়গী
থাইজগনী নিংথৌদা ওইনি শক্তি নিংথৌগী।
হিংচা-দৈত্যশিংহবু রারকপা হায়হনা
মতম থর থাঙনবা শেম্খি শাখি নিংথৌনা,
মনাই-মশল্ লোয়ননা তপোবনগী অকোয়বা
কোয়না লেংখি ঙাক্নবা বনগী অরা কোক্নবা
আশ্রমবাসী হরাওখি হরাও পম্বোল্ লোম্জখি
শকুন্তলা শকহেনবী ওমথৈ নৈত হরাওখি।

মতৌ অসুম্ লেনবনা কোয়রৌ কয়া হোৎখয়
আশ্রম্ ঙাকপা থৌদাদি কমবুদি চৎখয়।
মোংমা কোয়রৌ নিংথৌনা অসুম্ কোয়চৎ চৎপদা
তাখি খোনজেল্ কয়াথক্ নিংথৌ নাকোংহুংহদা।
হুজা নহা খোনজেম্মি হায়বা থংলকপদদি
লোমা লুমা তাথগে নিংজখিদো তমদি।
রাংল্সিগী মরুম্-থুপ্ পামেল্ মরুম থুপখিদো
নাকোং চপ্লু থাঙৎনঃ হুজা-রারী তাখিদো।
অনসূয়া মতারোই লৌথুপ-লৌকোইগন্দবী
প্রিয়ংবদা খোন্থ্রী রাহৈ খোন্দা থুমগনবী

চিন্তা-শক্লোন্ পুন্নিবী য়াথন্-নুংঙুম্ য়াম্লিবী
শকুন্তলা মতাম্লোই হংখি থম্লাই য়াজবী।
কন্নিশীনো ইতাম্লোই ঙসি কোম্লৌ নুমিৎসে
চিন্তা-মৈচাক্ চাক্পদি কন্নি তোম্লে হায়য়ুসে,
মায়খোঙ থম্বাল্ মক্শন্বা, মকা লাম্বা তোক্পদি
য়েংববুদি ঙমজদে খোইনৌ ইতা ঐখোয়দি।
নংনা য়াবা উম্লগা খোইমা হেম্না বাজ্জেদো
নপূক্লিংদো তেংথোকুট ঙম্বা উপায় তোগেদো।
অনস্যূয়া পূক্তিংবী মক্লা নোক্পা মাইখোঙ্দা
নুংশি তেম্না পাম্লবা হংলক্খিয়ে মতাদা।
প্রিয়ংবদা খোম্থুম্বী পাঙ্শম্লক্খি তম্নদা,
হোয়দা হোয়দা ইতা ও হায়ম্নিবহু শোয়ম্লোইদা।

মতানীগী মক্মদা ইকায়-হঙ্গোয়-লৈতবী
নুংশি-চৈথা কন্বনা অয়ো কংনা নারবী
কণ্ব মুনি মখোম্লোই শকুন্তলা শিঙেল্দ
শিঙেল্ মপাউ লোৎনিংজে নিংলে কোঙ্গে হায়নদি।
অন-প্রিয়ং নখোয়নী ঐগী অচেৎ-লোৎকাম্ল
নখোয় অনী তাম্লোকো হায়নিংলবা য়াফাম্ল।
মহারাজা দুষ্যন্ত অথোলক্না অথোয়বা
প্রজা কাদা পূক্কবা প্রজা-মাইক নিংগন্বা—

মহাক্লুগ। নিপাগী তালোইশিংদা চন্নিংবা
খুৎনা থাবু লাগনা খঙ্ত্রে ঐবু হায়য়ুবা।
উমংত'বা ঐহাক্লী লৌন্নাই খুজং মচানী
থিক্লেগীগী মতৌগুম্ চিন্তা থাগোনজবিনী।
ঈত্তিক্-ইপা চাদবা খঙ্দবসু নত্তেয়ে
মান্না-লাংদা থুবনি হায়দবসু নত্তেয়ে॥
উন তান হু-চাবা মীওই-পুন্সি অপঙ্বা
হিংন হিংন শিবতাই চাক্লে চিন্তা অকন্‌বা।
ওলাংথাগী সুংশাদি ইংহি লাইজ মপান্না
সুংশি-মৈচাক্ মুৎপদি ওঁন্নি মতৌ করন্না?
অরাবগী তাইবংপান্ হায়নবদাই ময়ান্না,
ঐগীসুনে অরাবা হৌরমাক্লে খল্লিনা।
হন্দক্-হৌবা অরাবা শোইরোই পুন্সি কোনবা
নখোয়নীসু য়াওজনী হৌরো ঐবু থাদোক্পা।
ইখত্তুবক্ বাজগে নখোয়বুদি চেন্নরোই
সুংশি-মৈচাক্ চাক্‌পনা পুন্সি অসি হিংলরোই।
সুপী সুজা ওইবসে লাইবক থীদ ওহোন্না
সুংশি-ইখৌ লাংবদি হায়দোকপসু য়াদেনা।
থনুংলমদা ওম্চান্ন সুশি-মৈচাক্ চাক্‌পা তাই
চীঙাংলুবা থোক্লাদ ইকাই-শেঙোয় হাঙবতাই।

তোল্লি মুপী মপোক্তি অথাঙ্‌ কনুবা পাওতাক্লা
পামেল্‌-খৈরা ওইহনা মতম লেল্লি রাহনা।
নহাল্‌ মুকী মপোক্তা করি কর্ম্ম তৌবনা
তন্নরিবা অমাবা রায়েল্‌ হৈবা বিধিনা!
শকুন্তলা য়াকাবু তায়-তার মুংঙাইতা
প্রিয়ংবদা মথীনা চৌঙ্গাংলকৃয়ি নোংকেন্তা—
তাবিম্নুদা ইতারোই নংগী করি রাংপগে,
নশক য়েংতি রাংতেদো নংনা পাম্বা তৌব্রগে।
অনসূয়া মতারোই নোংশল্লকয়ি তন্নদা—
পত্র অমা ইয়ুনা পীগে নিংথৌ খুত্তুদা।
থন্নাসিদা লৈরিবা ইরো খুজিল্‌ খোংতুনা
হায়নিংবহ হায়দোকউ পীরুরগে শোরদনা।
শুক্লা মম্বা নোংথক্তা নোংথাঙ্‌ থাক্লা ঙানবগুম্‌
শকুন্তলা থম্মোইদা তৌরি আশা কাওবগুম্‌।
অনসূয়া পাওতাক্‌ ইল্‌ তৌরগেবু থনখিদা
থন্না তন্না পায়হনা অশুম হায়না ইখিদা—
মহারাজা ইবুংঙো ঐবু করি খনবিবা
মহ ঐনা খঙজদে নগুণ ঐনা খনজবা
হঙ্গংচগে তাবিয়ু মালেম্‌ পৃথী থক্‌সিদা
ঐনা অসুম থিবদা মীঙোন্দগী তাবদা

নিংথৌ নংগা মান্নবা ওকৃপবুদি লৈতেদা
অওকৃপদি নিপানি লাংনকপ্নি ঐঙোন্দা ।
মত্তা মশেল্ অস্থ্না থোয়ঙ্কংননা ঙাংনবা
নিংথৌ নাকোঙ্ য়ৌখিদা নিংথৌ থম্মোই হুনবা ।
সুংশি-ইথৌ থৌরাংথোল্ নিংথৌ পুক্নিং শুম্‌হৎখি
সুংশি-সুংঙোল্ থোইরাংবা নিংথৌদগু হৌগৎখি ।
হোৎচন্দুনা ফোংল্গে থক্নকৃখিদা ঙাইহাক্কো
পত্র ঙাইনা লৈবনা ফদৌমাল্লে থন্‌খিদো ।
মতৌ অস্থ্ম থন্দুনা লোৎপৈ লোৎপা লোৎথরে
তাল্ চাবা মফমদা পত্র ঙাইগে নিংথরে ।

সেবা থৌমল্-হৈবীশিং পত্র খুত্তা পায়হুনা
নিংথৌ কদায় ফংগবা হায়ত্নবু চৎখিনা ।
রায়েল্-থৌদা-হৈরবা বিধি মাগী খুজিন্না
থোঙ্কাপ্ খয়া থাংলগা নিংথৌ নাকৃথু য়ৌখিনা ।
যোমোন্ যোমোন্ মীনোক্না শকুন্তলা-সখীবু
তরাম্ তরাম্ কৌহুনা রাহংবিখি মথোয়বু ।
তরাম্ কৌবা তাবদা থৌনা কনা হঙ্গৎখি
মতারোইগী পত্রবু নিংথৌ খুত্তা কৎচখি ।
কৎনা কৎনা হঙ্গৎখি পত্র অসি পাবিয়ু
ইতারোইস্থ লাক্লনি মহাক্ থুঙ্বা ঙাইবিয়ু ।

দুষ্মন্তদি মহারাজ্ পত্র তম্না পাথখি
পত্র মরোল্ পারগা ওম্‌থৈ লৈত হন্নাওখি।
শকুন্তলা দেবীবু মাগী ওইগে নিংখরে
মুঙ্গা-মুংশি-লাংদবু নিংথৌ তম্না থুখরে।
চৈরক্ তানুজা য়েংলগা অনসূয়া হায়রকয়ি—
প্রিয়ংবদা চৎলসি শজি সেবা লৈহৌয়ি।
নিংথৌদমক লৈহৌরে থৌরাং থৌরাং ওাইহৌরে
নোংগোবীগী নোংওাইনি মীৎপু কুণ্ড ওাইখরে।
পূর্ণিমাগী থাজনা নো'পোক্ মায়কৈ ওানুগুম্মী,
ফুঙ্‌বু লাওনা থোরক্লে নিংথৌ নাক্লা য়োরম্মী,
ইকায়-হন্নোর থোও থাঙ্‌দা নোম্লুরবা মীৎয়েংদা
শকুন্তলা য়েংজখি নিংথৌ চরণ্ থাহ্নদা :
তপ্লি তপ্লি লেপ্‌চখি তনিক্ তনিক্ ওাইজখি
নিংথৌ-য়াকা তানিংখি করি হায়বা খনুজখি।

মমায় হায়গৎ-ওমদবী শকুন্তলা তম্নবু
নিংথৌ থমোই কাওজখি হায়খি মুংশি মপাওবু—
শকুন্তলা ইবেম্মা নংদি ঐগী থন্নাইনী
থরাই নংবু থাদোকপা করম্ হায়না ওমগনী ?
ঐগী তালোইহ মুংশিবী ওইরো ওসি নহাক্কো
ঐগা নংগা তিম্মনা ধর্ম্ম কর্ম্ম ওাক্সিদো।

থোংনা মেংবা খোন্দাদা শকুন্তলা খুমজখি—
ঐবু সহধর্ম্মিণী ওইহনবিয়ু হন্দংখি।
শকুন্তলা য়াকাবু তার নিংথৌ দুষ্যন্ত
নুংঙাইবনা মতোংলোম্ খঙ্খিনে মথন্ত।
লুহোং মথল্ নিপানুগী গান্ধর্ব্বদি কৌবদো
ওসি কোয়ৌ সুমিত্তা লুহোংলগে থনখিদো।
মতৌ অসুম্ খল্লগা নিংথৌ য়াথং তৌরকখি
শকুন্তলা ঐথোয়নী লুহোংলসি কায়রকখি।
গান্ধর্ব্বগী মওংদা শম্না হেক্তা লোইথোকসি
নিংন-পাক্তা তাওনসি নুংশি-পন্দোল্ লোম্নসি।
মতৌ অসুম্ তৌহনা লৈরাং পরেং হুরুখি
অন-প্রিয়ং অনিনা সাক্ষী ওইমা য়েংজখি।
মায়কৈ-তাকপা লাইশিংনা নুংথল্ কোবা লাইয়েম্না
সাক্ষী ওইনা উজখি হরাও-নুংঙাই য়াম্না।
শাদানবগী লেংলকপা মহারাজা দুষ্যন্ত
শাদান-মহে য়ানবদা হরাওজখি কমত।
লৈবাক-কোম্নং হস্তিনা কাউথোকখরে নিংথৌদি
নুংশি-ঈম্নামনুংদবু নুংঙাইখরে তাউবদি।
মতৌ অসুম্ তৌহনা কোয়ৌশিংবুম্ হোয়ক্লে
তাওজিং-হৈরাং হাহনা নুংঙাইবদা লুপ্লক্লে।

# ৭

হস্তিনাদি লম্ময়োন্ দুষ্যন্তগী কোন্নুংনি,
মপুপান্দ লৈরকপা লোইদাম্ থাবুম্ কয়ানি।
থম্বাল্ লৈরাং মহাক্না কোয়্নৌ নুমিৎ তাইবগুম্
নোংগোবীদি চেক্লানা নোংগী লাইজ তাইবগুম্,
লৈবাক্ প্রজা পুম্বনা নিংথৌরেন্বু তাইখিদে,
করি করম্ তৌহনা মতম্ কদায় লেপ্লিদে ?
নিংথৌওম্বা অওম্বা অওম্বদি রাজাবৈ
রাজদূতপু থাহনা লৌহন্নুগে রাথমৈ।
অসোম্‌দনা কম্‌দৌরি নিংথৌ-রাণী অনিদো
নুংতাইবগী মতম্‌দি লোইরোহদোগুম্ নিংলিদো।
পূর্ণিমাগী থানিন্না থাসি তান্না ময়কুম্
মীওইমপোক নুংতাইবা কুইবোই হায়বা থওদগুম্
লেপ্লি মতম হরাওনা কাওর অরা' হায়বদো
ফুগায়রবা লৈরাংনা থও্দবগুম কেম্বদো।
থওহৌদনা থুংলথি রাজদূত্পু অমদি
দুষ্যন্তদি নিংথৌদা হঙ্খিদ রাকম্‌দি—
মহারাজা ইবুংঙো চরণ্থাদা হঙ্ৎপা,
অয়োল্- অরাল্ তাকপীবু ননাই কৈশু থওদবা,

হস্তিনাপুর্ কোন্থংদা নিংথৌ খোঙদোই হুন্নবা
হঙ্গৎলুচো হায়রুনা ননাইনবু লাক্লিবা।
তঙাইফদ লেংবা তাই হঙ্গৎনবা হায়রকপ্নি
মন্ত্রীপুরেল্ অঙম্বা মহাক্নবু ভাক্লকপ্নি।
দূত্কী য়ারা তাবদা নিংথৌ য়াথং তাওথরে
খঙ্লে নিপা পাথোক্লোই চৎনি হৌজিক হায়রীরে।
রাজদূত্তি চৎখরে নিংথৌ চিন্তা পুরেনে
লৈবাক মনাই অথোয়বা নিংথৌদনা ওইবনে।
শকুন্তলা থাদোকপা লৈবাক্ খোঙেল্ ফুংইনবা
মরম্নীসি খন্ওম্না লৈবাক্নবু লুম্খিবা।
মথৌখঙ্বা নিংথৌনা খুদক্তবু লেপ্খিনা
শকুন্তলা মহিষী থাদোক্লম্বা তারিনা।
শকুন্তলা লুংশিবী মকাদগী বিদায়দো
করম্ হায়না লোগনি রারোইদরা নিংখিদো।
লৈবাক খোরম্ লুপ্পনা রান রান চংশনখি
কায়নবগী য়াকবু ভনিক্ ভনিক্ হোদোকখি
শকুন্তলে তাথোক্কো ঐদি লৈবাক মনাইনী
লৈবাকীবু খবক্ত থরাই কংনা লৈদৌনী।
লৈবাক-প্রজা মীকোদো খুৎলাম্ ভোইনা কোয়ক্লে
ঐনা ঐগী খনবদি তোকপবুদি তারক্লে।

বিষ্ণু-থাদা-কোনৃজবী লক্ষ্মী ঠাকুরাণীগুম্
মীকুপ্ 'মতা থাদোক্ত কোনৃগে নিংবা লক্ষ্মীগুম্
খল্লবদি য়াখন্দো। ওইয়োইদৌরে লাইবক্তা
মতম খরদংদদি চংলুখিগে ইথক্তা।
লৈবাক থৌরম্ পাঙ্‌লগা নংবু লৌবা লাকেদো
কায়ন মৈশা লাংলস্সু মতম থিক্তো লেল্লুদো।
তাইবংপানৃগী নিয়মি তিন্ন-কায়না হায়বসে
খম্বাল্-হুমিং অনিস্সু কায়ন কায়ন লৈরিসে।
খয়ো-খাজ পুলিস্সু কায়না-মৈশা লাংজৈদো
বিধিনস্সু ঐখোয়বু কায়নৌ হায়না তম্খ্রেদো।
অহুবুনে অহুবু হুমীং খোকপা কালহুদা
খম্বাল মাপা তিন্নবা, অহিং তাংলৌ চংবদা
খয়ো-খাজ তিন্নবা মতৌ অহুম্ ঐখোয়নী
শোইয়োই শোইয়োই তিন্নবা অমুক হন্না ঐখোয়নী।
য়েংউ শকুন্ তুংশিবী ঐগী তুংশি-খুদম্দি
অতৈ অমা লৈতেকো লৌসে খুদোপ্ অসিদি।
খুদোপ্সিনা ওইসনু ঐগী তুংশি খুদমে
মসিদবু পায়রিবৈ নংনা ঐবু কাউয়োইনে।
মায়খোঙ্-মকৃপী মহিষী তুংশি-খুদোপ্ লৌশল্লে
নোংদোন 'তিয়া কিস্থগুম্ সোর মপী মহোৈজে।

নহা ওইবী মহাক্কি থৌগল্লোনৃগী হায়রম্সু
খাম্বা ঙমদে নিংথৌবু থাদোক্‌হল্লিংজরবস্থু।
চীঙ্গাংদবা মায়থোঙ্‌না বিদায় পীগ্রে নিংথৌদা
চিন্তা শক্‌কম্ লোহ্নবা নিংথৌ তম্না লেংখিদে।।
শকুন্তলা নৈহোরে মতানিগা লোয়ননা
চিন্তা কৌবী মতানৌ নৈরে নাক্তা কুন্দূনা।
নিংথৌ মনাই লাকজ্রা শকুন্তল লৌরবা
চিংন-রাখল্ অসিনা নৈরে থম্বুং তনৌবা
আশ্রম্-থাংপোক্ থোঙ্‌জিন্দা চিন্তা পোৎলুম্
পুঙমদা

থোঙবাদবু ঙাহ্ননা অনালোয়গুম্ নৈখিদা।
মতৌ অহু উবদা প্রিয়ংবদা মতারোই
থম্বখিদে লোয়ননা অনসূয়া মতারোই।
প্রিয়ংবদা হুংবংনৈ লৌশিং-নাতৈ কাঙ্‌ঙমদে
অনসূয়া মহাকৃগু রাখল্ কৈস্থু থোক্‌ঙমদে।
করি উপায় নৈবগে থনূকম্ থঙপা নৈরম্মী
পীরাং-পীরোইনরবা মীৎরেংতনা য়েংলম্মী।
জগৎশেম্বা মপূদা থুক্কমজবা নত্তনা
গতি থিকম থঙ্‌লম্‌দে হুজা মথোই অহুম্বা।

মবেম্মগী মতৌ উ শক্তি মচা অহনা
লোম্বোক্-তবা মিৎয়েংবা য়েংহনবু লৈখিনা।
থাবল্ কনা ওায়বা নোংদোন্-ত্তিয়া অকোয়বা
খওহৌদনা কুপ্ খিদো নোংগী মপৈ অমুবা
শকুন্তলা মুজাগী লাইবক্' ত্তিয়া অপূম্বা
পূম্বম্ মম্‌খি থুনমক্ মায়কৈ-শায়া শম্বা।
খোঙ্লদৌরে নোংখোংদো বম্ব-শিংজং লোয়মনা
লুরাই-লুত্তোম্বক্তুদা থায়রদৌরে বজ্রনা।
চিন্তানবু কুপ্তুনা মায়কৈ শলাই খঙ্‌ত্রিডৈ
করি ত্তৌকম খঙ্দবৈ মায়কৈ পূম্বা মম্নিডৈ,
আশ্রম্-হূংদা নোংমদি খোইশাওগনুবা দুর্ব্বাসা
খোঙ্দাবিরৈ মুনিদো মহৌশাগী মহৌশা।
কনা কনা লৈবগে অত্তিথিদি লাক্লেদো
অত্তিথিগী সেবাদি পামহনবু লাক্লিদো।
কদায় মরূপ কণ্বদি মহাকীবু আশ্রম্দা
কনামত্তা লৈতরা থৌশাদবা ঐঙোন্দা।
শাওজবনা থরাই-ওই লৈজরিবা মুনিনী
অশাও মথোয় কাথরে করি হায়না ত্তমগনী?
শাওবা লুত্তোন্ কারেদো শিরাপ্ ত্তোপে নিংলক্লে
অক-কত্ত কাওথরে অশাও থৈনা হৌরক্লে।

দুর্ব্বাসাদি মুনিনা লৈম্মে ওইনা চাক্থেকে
মতাওম্মা তৌথরে নিংলে আশা থুদেকে।
তারো সুজা নহাদি নথো খঙ্দ লৈরিদো,
নংনা মিংবা নিপাদো নংবু কাউরসনুদো।
নংবু লৈরি হায়বহু পুম্কাউবুদি কাউসনু
নংসু কায়ন-যৈরিনা চাক্থেক্ত্না রাসনু
দুর্ব্বাসাগী শিরাপ্থোন তুজংনবু তাখিয়ে
প্রিয়ংবদা চেন্শিন্নি মুনি-চরণ্ পায়খিয়ে
কণ্ব-মুনি লৈতেয়ে মযোম্ শকুন্তলাদি
কৈন্থ্ খঙ্বা নত্তেয়ে তুজা নহা মানদি।
মপুরোইবা কায়নবা কুইজিবীনি মহাকৃতি
কায়ন-নৌবা হৌনশা রাখম্ংদা লূপ্পদি
মায়গৈ শলাই উঙম্দে নেম্থবিউ অশাউবা,
সুপী সুজা হায়সিনা মপুরোইবা নিংজবা
মরাল্ মত্তে ধর্ম্মনি নিপা মানা কৃষ্ণনী
মথংলেনবু নিংবদি করম্ হায়না শাওবিনী ?
হহবিয়ু মুনিদেব মাঙ্তাক্লবা শিরাপ্তো
হন্দোক্পিয়ু অমুক্তা খুরুম্জরি থুয়াদো
থুনা শাওবা থুনা হন্ দুর্ব্বাসাদি মুনিনা
য়াথংবুদি তাওথখি হায়খি হাইকেৎ মেংতম্না—

ঐগী শিরাপ হনুজনবা হনুজনবদি য়াদেকো
অচুম্বপু কোক্নবা য়া অমদি হায়গেকো!—
মাবা নিংবা নিপাচু নিপাচপী খুদোলগা
লৈরবদি মচুমা নিংশিংগনি উৎলগা।
শিরাপ খুম্মুক তাবদা প্রিয়ংবদা হয়াওই
নিংথৌ-খুদোল-খুদোপ্তি লৈরি হায়বা নিংশিংই।
প্রিয়ংবদা থোঙ্গ্বী মুনি-পেম্ন-রাইনা
অতিথিগী সেবাদা তৌথি হরাও হয়াওনা
দুর্ব্বাসাদি মুনিসু অশাওববু থাচুনা
মরাল্লয়াইদা পাঙ্খরে পেম্ন-পুক্চেল্ লোয়ননা।

৮

মতম মাগী খোঙ্গৈনা লৈরক্পগা লোয়নবা
শকুন্তলা ইবেম্মা পুল্লি চিন্তা-ইরৈনা।
বুদ্ধিনগা নহা ওই চহীনগা নহা ওই
কণ্ব দৌয়ি মরৈতা সুনাংবনা মরূপ ওই
উমং-রামং কোয়নচৎ উরি-য়েৎপা পামেল্ দা
কলক্-মিৎয়েং তারুবা থাঙ্গববুদি ওমদেদা!
শোনজরক্যি মথন্তা ওন্থোক্য়িদা তৌরিসে
দুষ্যন্তদি নিংথৌনা হৌজিক্-কাওবা লাক্লিসে!

কদৌথৈবু য়োরকৃপা ঐগী য়াবা কোরবা
মুজা পাদল্ শোন্‌বীনি করি মতা খণ্ডবা।
নিপা মরায় অমগুম্ কোন্নুং মায়গৈ পাণ্ডবদি
মীনোক্ চণ্ডী কিবনা ওমদে খোণ্ডখাণ্ড খাণ্ডবদি।
চৎনুবীগী য়াংমা লান্ তৌরুবসু হৌনদে
খিংবিনবা ওাক্তনি হায়নি লোইনা তৌহৈদে।
পন্থৌ কণ্ব লাক্লদি কৈনো অমা ন্ডোদোবা
মচাগীবু অবাবা কোরু-লৌশিং খোক্তোবা।
মকম্ মরাং খণ্ডনা কয়া কুইনা লেন্সোরে
গর্ভমুংগী তিন্‌সিনা নোংমা নোংমা চাওরক্লি।
হাদা বিধি নোংদম্বা কয়া কুইনা য়াখোগে
জগৎ-শেম্বা মপুনা কদৌথৈবু চান্দগে ?
তোল্লী মুপী মপোক্‌সে হন্দকৃমুক্তি পোক্লেকো
হয়েংমুকী মপোক্তি নিপা ওইনা পোকেকো !
মতৌ অমুম্ খন্দুনা কোয়ৌ শিংবুম্ থীদ্ধনা
লেম্লম্মীদো য়ানদি মেনকাগী মবোয়া।
অনসূয়া অমদি প্রিয়ংবদা মহাক্তু
বুদ্ধি-লৌশিং খোরুম্‌দে তোকম্ খণ্ডে করিসু।
অনসূয়া চুম্‌ফ্রিংবী ওম্বমথৈ থেম্লম্মী
প্রিয়ংবদা খোম্থুম্বী থোংনা মেংনা ওাণ্ডলম্মী।

হৈরাং-লৈরাং হেকুনা পুশন্নম্মী মতাদা
শকুন্তলা মিতাদে সুংশি খুদোল্শিংহ্নদা।
মহৌশাদি লাইরেম্বা লৈমা মাগী হৌনশা
অমম্বদি অতিয়া ঙানুখি তম্না ইসুংশা।
সূর্য্যদেব অঙানুবা হন্দোরক্খি অত্যাদা
পীরক্খিয়ে ইঙ্গিৎপু সুংঙাইবগী থোঙ্‌কম্‌দা।
মতম কুইনা লেংলুবা কণ্ব ঋষি লাইনিংবা
আশ্রম্ তাম্না পাঙ্‌লুক্লে কোক্ননিদোঁঅরাবা।
মুনি মানা লাক্পদা নমথাংদবু তাখিদো
আকাশবাণী সুংঙাইবা, মুনিদেব ঙক্খিদো।
কণ্ব মুনি মুনিরাজ্ হরাওরোদো হরাওরো
নমোম নংগী শকুহেন্গী হরাও-পাওবু তাজরো
মতিকচাবা নিপাদা শকুন্তলা লুহোংলে
নিংথোরেল্গী মমাদি ওইবা মাদি শোয়দরে।
লাইবক ফবী মমানা মালেম্ পৃথী কাওরবা
মচা অমা কংগনি মৈতাল্ লাওম্ অরাবা।
ইঙক্ ঙক্খি কণ্বদো হরাও মথোই কাখিদো
থোঙ্‌থাঙ্ হাইগৎ থাঙ্খিদো আশ্রম্ তম্না য়োখিদো
কণ্বমুনি উবদা শকুন্তলা মমোয়োই
থুকমুক্খি চরাওনা লোয়ননবু মতারোই।

মমোম্ চেংলৌ য়েংলগা মোমোম্ মোমোন্ নোঙ্‌ম
পাম্বোম্ অনি তিংথোরক্ বর পিখি সুংশিনা—
য়োকচমন্‌গী মইহেদি য়াম্রে ওসি কোয়ৌদি,
মীশক্-খঙবী নহাক্কী করি হায়রমি লৌশিংদি ?
পম্রেম্ পম্নৌ মগুণ্ ভাক্ চংলম্বদি ইচানা
পম্নৌ ঐনা কররা হরাওয়োয়কো হায়য়ুনা
শক্লা চুনা নিংথিবা তৌথোররক্ অয়াবা,
করি হায়না পাম্দম্রি নংনা হন্দক্ ভৌরবা ?
ইপা লোইনা তারক্লে নপাও নংগী অকবা,
দুষ্যন্তগী মরানুয়াই থৌরাংলোদো চংনবা।
শাগৈ-মিংশেল্ মৌনদি মপাম্ কুইনা লৈকদে
মপুরোইব মনাক্তা চংপা ভারে য়ৌনদে।
অসি য়াবু হায়রগা গৌতমীদা পাওমেন্থি
শকুন্তলা থিম্লুচো হায়বা য়াথং তাওথখি।
অহন্-ওইবী গৌতমী মুনি য়াথং কোক্‌থোঙ্‌না
মুনিদবু হঙংথি স্বর মপী হোম্দুনা
নিংথৌকোন্‌গী লৈমলক্ তিন্দৌরিবা নচানী,
মতীক্-চাবা কি-রোন্দি কদায়দগী কংলুনী ?
লৈভেংনবা লীক্ কোন্সু করিমতা লৈভেদো,
ইকোক্-কোক্লা চংপদি কররবু চংনিদো ?

নহা-ওইবী মখোয়দি ফিজেৎ-লৈতেং নত্তনা
চৎথোক-কোয়থোক্ য়াদেদো লৈতেংসিগে করম্না ?
গৌতমীগী মরাইহে আরুবদা কথনা
থুম্নকৃখিদা অশুম্না থৌজানুগনি ঈশ্বর্না ।
লাইনিংববু ঈশ্বর্না থৌজাব্দবা লৈতেয়ে
থৌরাংজনি মরাইনা শোইরোই মানা পীনিয়ে ।
মুনি-য়াকা থোকৃপগা থডহৌদেদা কর্মা
পামেল্ উশাশিংদবু ফিজেৎ-লৈতেং থোকৃখিনা ।
লাইগী থৌজাল্ উবদা হয়াওনখি লোইনমক
অন-প্রিয়ং অনীনা থাম্লং ফিজেৎ পুম্নমক ।
পুরক্লগা পীরয়ে শকুন্তলা মত্তাদা
ফিজেৎ লৈতেং শেম্বদা পাংলে মতেক্ তম্নদা ।
ওক্তা শিরে লীক্লাংদো মাদা য়াল্লে নাইন্দো
খুজি-নাচি শিজল্লে কারে পাম্বোম্ কাবীদো ।
মত্তারোইদি অনীনা য়েংজৈ মুম্না মত্তাদা
মীৎপু থীৎনা য়েংজৈয়ে পান্দম্লৈক্ত মিৎয়েংদা ।
য়াবু লোৎপা হৈতবী অনসূয়া হায়রকয়ি
পেল্লে পেল্লে য়েংবদা কজরেদা হায়রকয়ি ।
নিংথৌ মানা শোয়দনা পেল্লগনি শকুমদো
নিংথৌকোনুগী মীশিংনা য়েংবদবু ওক্লিদো !

শকুন্তলা কজবী নংনা কোমুং চৎপ্রগা
লায়রয়রবী ঐখোয়বু কাওগনিদো কুইরগা।
অনস্য়া মরাহৈ তাক্লবদা মতারোই
মতারোয়বু চেৎনা কোন্ হায়রক্য়িদা কাওজরোই
অনসূয়া নখোয়বু কদোঁউদা কাওজরোই
নখোইখিবিক উনবা ভোয়না লাক্লি ইতারোই।
প্রিয়ংবদা হুংশিবী নখোই থ্‌াইবু কাওডরোই
তপোবন্‌গী পুন্সিবু করম্ কাউনি ইতারোই ?
পম্হো কণ্ব-মুনিনা য়োক্‌পি-থাক্‌পীরক্‌পগী
লমন্ শিংবা ভম্মরোই মপোক্‌সিদা ঐহাকী।
ইমাবেমা গোতমী মাপী লমন্ করয়া
শিংনি হায়য়ু ইবেম্মা ঐগী লাইবক্ অসীনা
বন্‌গী শজি-শত্তাইশিং উচেক্-য়ায়া অপূম্বা
করম্ কাওনি হায়য়নে ঐবু লুনা ভোবীবা ?
খোঙ্‌থাঙ্‌ববু খোক্তয়ে ময়াম্ অসি হুন্দোক্লা
য়েংউ ইত্তা উরিবা পাম্বোম্‌দবু কায়িনা !
শজি মচা অসীসু মমাশক্‌পী ঐহাকী
কিজি চিক্লে য়েংউসে য়াইদা ঐদি মহাকী।
শজি-শত্তাই অপূম্বা উচেক-য়ায়া অপূম্বা
হোৎচয়ক্লে মমাংদা য়েংলে মিৎয়েং অয়াবা।

তদা পামেল্ শিংনসু পীরাং-উনা থিকৃথরে
শকুন্তলা কায়নবা হায়বা মতাগুম্থরে ।
পূক্নীং-লাকৃগুম-কাওম্বা কণ্ব মুনি অথোয়বা
বনৃগী জীবশিংহুদা হায়জৈ বিদায় পীনবা ।
মুনি মাসু য়ারম্বী কায়না য়াথল্ থনৃবদা
মথাকোনৃগী মমোয়োই চংশিদোরে উবদা ।
ইপাগীদি ইবেম্মা নংগী বিদায় কাস্সিদা
য়াহোং জগোই শাদরে শজি চারাম্ কাউথিদা ।
হায়খোঙ্ মকৃপা নত্তুনা করিমতা উদরে
ইপাসুনে ইবেম্মা পূক্নীং কাবা গুমদরে ।
অমাবস্যা অহিংদা থাজ মাবু উদগুম্
থম্লে ঐখোঙ্গী পূম্বনা তপোবনৃসু মম্দোগুম্ ।
ইপা হায়গে মুম্না ভাও নিংথো কোন্দা লৈবদা
লনৃগী থুমৃগী ময়ায়না নাপল্ কাহম্লকৃপদা
অমাঙ্বগী মশক্না নঙোন্দবু ভোংনিদা
নাপল্ ময়ায় মহাকৃপু থুন্দাহম্ল্ থম্মুংদা ।
থোংগায়্থঙ্বী অকবী লৈমা অমা ওইনবা
মীকৌ মীয়ম্ ফজনা হোৎনৌ ময়াম্ য়ানবা ।
ময়ম্-ওকৃপী মচানা মুনিদবু হঙ্গংলী
পম্লো-য়াথং ইন্দুনা পম্লৌ-লমনৃ শিংজপী ।

হৌন-লৌচৎ নচাদা তোয়না তোয়না তাক্পীবা
পম্বৌ-কুপা লৈরদি ওয়োই মছু কাউজবা।
কণ্বশিষ্য-শিষ্যাগা শকুন্তলা মায়ওন্নে
মতা অনি অতুনা রায়ক্-রাতেম্ তৌরক্লে।
শকুন্তলা ইত্তারোই নিংখৌ-নিংশিংখুদোল্দো
নিংশিং-খুদোপ্ শিরিদো চেক্শম্বু খম্মুদো।
রায়োই-রাহৈ হায়তুনা পিথি বিদায় মতাদা
লৈজহৌয়ি অনীনা পীরাং-লোইন মীৎস্নাদা।

৯

শকুন্তলা খোঙ্বুদি পোথা পোথা চৎপনা
নুমীৎ খরা হৌখ্রগা গঙ্গা তুরেল্ য়োথিনা।
পাপ্ চাম্বী গঙ্গাদো বিষ্ণু-খুয়া-পোক্পীদো
স্বর্গ-মর্ত্ত্য পাতালদা মিংখোল্-অহুম্-লৌবীদো
ভগীরথ নিংখৌদা কুপা হৈবী ইবেম্মা
ভাগীরথী মিংখোয়া লৈতেংলিবী গঙ্গামা—
গঙ্গাদেবী ইরেম্মা হৈ-লৈ খুজোক্ থম কৎ
গঙ্গাস্তোত্র শোন্দুনা খুরুম্জখি পূজা কৎ।
পূজা কৎপা লোয়রগা কোক্তা জল্বু হাপ্চখি
ইয়ামহুংদা কুম্হুনা গঙ্গাস্নানদি তৌজখি।

ইংনা শেংবা গঙ্গাজল্ হক্থেংননা কংজবা
পূক্লিং-হক্চাং তুনবু কংখি য়োমা সুংঙাইবা ।
সুংঙাই মপাল্ নাইখিদে শিরোয় নারোয় মতাগুম্
পেন্নখিয়ে ময়ামদো নিংবা থুংলে মতৌগুম্ ।
গঙ্গাজল্দি অইংবা হাওনা থক্সি হায়নখি
খুজোক্ খুজোক্ থন্ন শোক্ পেন্ন পেন্ন থক্লখি ।
গঙ্গাজল্গী ময়াইনা রাখল্ পূম্বা কাওখিরম্
শকুন্তলা খুত্তগী নিংথৌ খুদোল্ তাখিরম্
খঙহৌদেদো শকুন্ত লাইবকখিবী ওইদৌরি
বিধি মানা য়েক্খ্রবা কক্পা কনা ঙমদৌরি ?
অরা-সুংঙাই অনিনা ময়ুং মকেল ওইরিবা
মীওইমপোক্ পুন্সিমী কাওনৈ মীওই অপুম্বা ।
মাগী মাগী তৌজ্জমল্ কংলবনী মীওইবা
চেক্শন্নবা মীংকুণ্ডঃ তৌজক্কবা অরানবা ।
অশোয়-অরান্ মহৈদি কংদ য়াদে হায়নৈদো,
দুর্ব্বাসাদি মুনিগী শিরাপ-খুম্মূক-খুদোঙ্গো
মাঙখিবগী দশাদি মাগী তৌজ্জমন্নিদো ,
থঙ্দ থঙ্দ তৌরম্নু দশা মাঙ্খোক্ য়াদেদো !
খুত্তা শিবা খুদোঙ্গু য়াওত্রে হায়বা থঙদবা,
করম্বু ঙম্হৎপা হাদা বিধি নোংদম্বা ?

লোয়মিয়বা অহনৃশিং কনামত্তা খঙ্‌দেদো
অর্থ লৈবা থুদোপ্‌কী অর্থ করি লৈবদো !
খঙ্‌দবগী খঙ্‌দব কনানসু হংবিদে
মাঙথিনিসু হায়খিদে চেকশল্লুসু হায়বিদে।
মখোয় লোয়না নিঙ্ঙায়দ হয়াঙ-তয়াং চৎমিমৈ
গঙ্গাস্নানৃগী মুংঙাইবা য়ারীদবু শামীমৈ।
য়াথল তোপ্পা অমনা হস্তনাদি কোন্নুংদা
থুনা য়ৌনি হায়বগী য়াকমৃহুনা ওইখিদা।
খোঙ্‌থাঙ্‌ থুনা থাঙ্‌হুনা নিংথৌ মনাক য়োনবা
মুংঙাই-য়াথল্‌ লোয়ননা চৎথি মখোয় অপুম্বা।
গৌতমীনা খল্লম্মী—শকুন্তলা উবদা
দুষ্যন্তদি নিংথৌনা হয়াঙ মখোয় কাবদা—
লমশাং চৎপৈ অয়াবা কাউনিদকো খনৃখিয়ে
অহিং তাংদৌ লোয়বদ নোঙঙাম্‌বগুম্‌ ওইনিয়ে !
কণ্বশিষ্যশিংহুসু মথন্‌ মথন্‌ খনৃখিদা—
দুষ্যন্তদি নিংথৌনা তয়াম্‌ তয়াম্‌ ওক্লিদা।
শকুন্তলা মহাক্তি করি খল্লি হায়বিনী—
মপুয়োইবা কংবদা স্বর্গ লাম্ব কংবনী,
চঙ্‌না স্বর্গ কাবনী পুন্সি মহৈ য়ানৃগনী
মুংঙাইবগী পান্দম্বা কয়িগবু পান্দম্মী।

মপুরোইবা সেবাদা থরাই-হকচাং কংচবা
ওমগদৌরে থনুবনা হরাও নুংঙাইজখিবা
করম্ হায়রনা ওম্গনি পাওদম্দি কনানা
ওমদৌরিবা কোংদোকপা করি রাহৈ মতেংনা ?
রাথল্ নুংঙাই ইপাক্ত তাওজরিবা থোঙ্‌বুদো
থুনা য়াংনা থোঙ্‌দোই হুন্ নিংথৌ কোনুং য়োথিদো।
কোনুং শঙ্গাই উবদা ম্নথোঙগী ময়াদা
কণ্বশিষ্য নুচিংবা লাওজখিদা কমদা।
আহু লৈরে শঙ্গাইদি থোঙ্‌শংবদা হায়রহুনা
পাওবু ঙাইহাক্ ঙাইরগা চংশল্লসি থীন্দনা।
অসুম ভৌনা পাওঙাইখি ম্নথোঙ্‌দা লেপ্তুনা
মায়থোঙ্‌ থুদিং নোক্চখি নুংঙাই পাওবু ঙাইহুনা।

১০

দুষ্মন্তদি মহারাজ্‌ নোংশা-তাংবল্-ঙাম্নোইবা
নিংথৌদবু থরুমজ্রে নোবু লুক্রা থোঙঙাক্পা।
মনাই নিপা উবদা হংবিরম্মী করিনো
করি রাবু পুরকে হায়নিংবদি করিনো ?
নিংথৌ-য়াথং কংহুনা অকি-অথঙ্‌ থাহুনা
হঙ্গংলক্‌রি ভরদা থুংপু অনি লোমনা—

ননাইনবু পুন্নিবা স্নখোঙ্.দি ময়াদা
কণ্বমুনি আশ্রমগী মীদি কাঙ্.বু থুংলৈদা।
মহারাজা মাক্তবু পুশনৃবিয়ু হায়রৈয়ে
নিংথৌ য়াথং ঙাইহুনা মখোয়শিংদো লৈরিয়ে।
করি তাকচৌ হায়বগে য়াথংবীবা ঙাইজরি
আশ্রমবাসী মখোয়দো নিংথৌ-য়াথং ঙাইহৌরি।
থোঙাকপনা হঙংপা বারোল অতু তারগা
মঙ্.শুম্ হাশুম্ তাখিয়ে ঙকখি অসুম্ থল্লগা।
দুষ্যন্তদি নিংথৌদো ইঙক্ ঙক্কা হায়রকখি
করি থবক লৈবনো মখোয়গীবু হংলকখি—
কণ্বমুনি আশ্রমগী করি তৌরে হায়বগে
ঙঙাই কদ থবক্তি করি অমা লৈবগে ?
থল্লুবদা থোক্তেদা অহুমকপ্ পুরকউ
মখোয়নবু হায়নিংবা করিনোমা হায়সহু।
নিংথৌ-য়াথং কোকথোক্না থোঙাকপদি থোকখরে
কণ্বশিষ্য মাংদা থা থুংপু অতু চংখরে।
দুষ্যন্তগী মকমদা নোল্লুনা থুরুম্নে
থুবাং চাংজৌ লোয়না অসুম-হায়না হঙংলে—
ঐখোয় অসে কণ্বনা থারকপনী অদিদা
নিংথৌগীদি মহিষী শকুন্তলা য়াওরিদা।

গর্ভবতী ওইরবী সুজা মানা মপামদা
লৈথোক্‌পদি চুমদেদো থারক্লেদো অসিদা।
ওক্লা তাথি রাকম্‌দো নিংথৌ হায়কম্ থওখিদে
শকুন্তলা হায়রবী'ম লৈখি হায়বা নিংশিংদে।
নিংথৌ য়াথং তাওথখি ঐদি ইওক ওকথরে
করম্ কান্দা মহাক্‌সে ঐনা উখি কাউথরে।
ঐসু বুদ্ধি চোইত্রিদা করম্ হায়না কাওগনী
ঐনা সুপী লৌরগা, অতোপ্পচুম ওইরমী।
নোংমংদবা নোংদোনৃগী নোংমৈশিংজং তাওরে
আশ্রমবাসী মকমদা তাশোল্ খিনৃগুম্ থোক্লরে।
কণ্বশিষ্য লুচিংবা ব্রহ্মচারী অথোয়বা
মক্ত-বুদ্ধি-চেপ্লিবা অকাউশবু লৈতবা
চীঙ্‌না লেম্না লীরকয়ি শাদানৃবগী রারিদো
তাবিয়ুকো মহারাজ্ রারীমতং লীগেদো।
চহী কুমজা মমাংদা কণ্বমুনি আশ্রমদা
শাদানৃবদি মহারাজ লেঙ্‌ওকখিবা মতমদা
কণ্বমুনি লৈতকাল্ মহাকীদি মমোরা
পাদ-অর্ঘ্য পুথোক্লক্ সেবাতিথ্য তৌখিনা।
পেনৃবিহৈবা নিংথৌনা দৈত্য দানব ওাক্‌পিথি
মতম থরা লেনৃবিথি শকুন্তলা লুকোংখি।

মুংথিল্ কৌবা লাইছনা সাক্ষী ওইথি অছুদা
প্রিয়ংবদা মতায়োই অনসূয়া অনীদা
সাক্ষী থুতম পীবিথি, কাউবিনসু কাউবিদা
কণ্বমুনি আশিষ্‌কা লোয়ননবু লাক্‌চৈদা ।
লৌশনবিয়ু মুজাসে লৈমকোন্দ নিংথিনা
লৌবীদবা তৌবিসু উমং-তাবী হায়ছনা ।
গর্ভমুংগী তিন্ অসে অরেম্বদা মাঙ্‌গনী
নিংথৌ-ঈদি ঈ-মচুম্ করি লাইবক তাগনী ?
দুষ্মন্তদি মহারাজ করিমত্তা নাচুংদে
হায়রি পূম্বা মীনম্ব য়ানী হায়না লৌনিংদে ।
অমুক হন্না থুম্‌লক্‌যি হায়রিবদি য়াকম্‌দো
মরিক'মত্তা নিংশিংদে ওইদ য়ানী হায়রিদো ।
অঙক্‌লাইবু চুরবা নিংথৌ য়াকা তাবদা
গত্তি লৈত শকুন্ত খুদোপ্‌ উৎকে তৌথিদা ।
য়েংলুবদা খুত্তবু খুদোপ্‌ উরক্তবদা
মিৎলুদগী পীরাংনা ঈহৌরকপা খঙ্‌হৌদা
কপ্পি কপ্পি থোন্‌জেন্দা হন্দৎলকয়ি নিংথৌদা ।
ননাই মুবী ঐহাকপু য়ায়া লাইনা কাউবিদা !
লোইদাম্ থাবুম্ কুইত্রিদা ইনিংথৌনা থাদোক্‌পা
লেংলম্‌দায়দা হায়রগা য়ায়োল্ লোইনা কাউথোক্‌প

করি মতৌ কৌবগে প্রজা-নিংবা নিংথৌনা
বিচার-মাইদ শাজং চং হায়রোয়দরা অতৈনা।
সুংশি-খুদোল্-খুদোপ্তি পীবিরম্মী নিংথৌনা
মচু উৎকে তৌবস্থ মাঙ্ম্রে মকম্ থঙ্দনা।
লোইদাম্ থাবুম্ য়াম্'ব্রয়ে ঐগী ইশক্ ওন্দ্রসে
নিংথো-শকৃতো কাউজ্ঞ'দ্র করম্ কাউয়ি ঐগীসে?
রায়েল্ হৈবা নিংথৌনি মিংচং শান্না চৎপনী,
মিংচং-থীবা থৌদোদো করিগীবু তৌবিনী?
উমং-রামং চাকৃতাবী কৈশু লৈত ঐহাক্নী
ইপুন্সিগী রাজগে রাজ-লেনৃবী ঐহাক্নী।
মতম্ থরদংদগী ওইরবস্ত সেবাদো
কংজরুবা মরম্না খন্দবদি ঙমদেদো।

ইপুরোইবা ওইবগী মিংচংথীবা তাবদা
রাদববু ঙম্নোইয়ে ঙম্নোই তাবা কৌবদা।
শকুন্তলা মরাইদ ত্তারক্‌পাদ কাল্‌হুদা
দুষ্যন্তদি নিংথৌ'দা পাওথুম্‌থিদা তমদা।
সুপীমচা নহাক্না ঙাংঙরিবা রাজবু
মংল-হার থঙত্রেনে ত্তার ঐমা চোইরোন্‌বু।
উমং-রামং রাঙাংদা লোম্নরিবা চোইরোম্না
আপা-চাউবা শাহনা শোার-শারি লোনৃবন্না?

নংনা লক্পা হায়রম্থু থোদোক্ অহু অমতা
খঙ্বা লৈতে ঐহাক্তো নংগী নরা অমতা।
শকুন্তলা কৌরবী কনামত্তা খঙদেদা
নংনা শেন্নাম্নবত্তম্ ওইরমগনী ওইনিদা!
নিংথৌ পাওথুম্ তাবদা গৌতমীনা হায়রক্যি—
শকুন্তলা নশক্তো উংলু হায়না তাক্লক্যি।
নশক্ অহু উরগা খঙ্লক্পস্থু ময়ায়য়ে
গৌতমীগী য়াথং ইন্ মায়থুম্কিবু হাংদোক্য়ে।

উৎচরক্খি মায়থোঙ্দো নিংশিংববু য়ানবা
মুম্না য়েংঙি নিংথৌস্থু নিংশিংববু ওন্নবা।
নিংশিংবদি লায়চনা অশুমবু হায়রক্মি
কনা কৈজে নশক্তি কৈজে কৈজে হায়রক্মি।
অহুবুনে অহুবু করিগুম্বা মতমদা
নংবু ঐনা উথিবা উথিববু লৈতেদা।

নিংথৌ-মাহৈ তাবদা শকুন্তলা হায়রক্খি
নোংমা কোপৌ চুমিংতা নোংদোন্ লাইজ য়াবিখি,
মাবিখিবা লাইজদো অয়োক্পাদি শজিদা
পীথক্লবা তোবদা থক্খিদবা মতমদা
ননাই ঐনা লৌহনা লাইজ পীথক্পদদি
শজিনবু থক্খিবা উবিখিবা অহুদি—

কাউবিবরা ইনিংথৌ, ইনিংথৌনা হায়বিখি
নখোইনিদি উমংদা পোক্চবনী ভাক্পিখি।
য়ারৌ শক্তি মহাক্না নংবু কৈস্ন হঙ্গোইদে
হঙ্গে।ইহুনা ঐবুদি থক্উ লাইজ য়াখিদে।
থৌদোক্ অসি কাউবর। কাউমমসু কাউইদা
থৌদোক্ অসি থোক্খিবা কুইত্রিনকো। কুইত্রিদা।!

শকুন্তলা মরাহৈ ভারে ভারে হায়রগা
শাওগংপতুম্ বেমম্মী পঙভাং পঙভাং ভাংলগা
তাব' ঙম্দ মীতাগুম্ খুম্দোক্কপ্পি নিংথৌনা
চবেং চবেং ভাঙ্বা শাই ভাঙ্লি করি নিংহুনা?
অভাং নত্তে ঐহাক্নে মীচম্ মচা নত্তেয়ে
লৈবাক্ অমা ভাক্পনী রাখল্-রাংপা নত্তেয়ে।

নংনা পঙ্হায় হায়রগা য়াবা পোংসু নত্তনা
করি করম্ ভাঙ্লিবা অভাং নরাগুম্হুনা?
থৌগল্লোল্সু থঙ্দবা নিংথৌ ইত্তিক্ থঙ্দবা
ভাঙ্নিংবদা ভাঙ্থোক্পা শক্তি বদা শক্তোক্পা।
চীদাইলম্গী লোঞ্চংতো অসিরাইদা তৌরব্রি
রায়ক্-রাজেন্দ্রক্তবী করি নিংজ শাজরি?
নিংথৌ ঐবু ভাওবর ঐনা লৌবা হুপীবু
করম্ হায়না কাউগনী নিংলোই করম্ মহাক্পু?

উমং-রামং-য়াতাবী চাইদবা উনা চা
অফং অফং হেক্কুনা চিল্‌হাও থিদ পঙ্‌চা চা,
পেংচোই হিদাক্ চারবা চোইরোল্ লোল্লরিবদি
নংদি ওকৃপু ওক্তেনে ঐনা কন্না ওকৃপদি
নপা শকৃপা কথনে নংগী লোইন্ থমৃইয়ে,
ঐনা কন্না ওকৃপদি মখোয়সিনে মখোয়নে।
অঙাওবদি অঙাংনা চোইরোল্ পঙ্‌লোন্ লোল্লসু
নাতে চাদে হায়ত্তনা লোকম্ থোক্তে মত্তসু।
পারি-পুরি থঙদবী হুপী লম্ফা কনাবু
পুখনৃগনি করম্না নিংথৌ লৈমকোন্দবু ?
পেংচোইরবা নিংথৌনা তৌগদবা খঙায়দা
ঐদি হৌজিক্ ফাওবদি বুদ্ধিলৌশিং মাঙ্‌ত্রিদা।
নাকোঙ্‌দবু শিঙ্‌জানা য়ৈবগবু মায়থ্রে
তনৌরবী নহাদো জ্ঞানবু পুম্নাঙ্ মাঙ্‌থোক্লে!
অয়াকৃপদি সুংশাদা পংথরবা লৈরাংগুম্
পংলে চাক্লে কাহংলে লৈম্মেলকী নাপীগুম্।
য়াবিরক্তু কাল্‌হুদা শকুন্তলা নহাদো
পীরাংতনা পাইখ্রে ওই কপ্প কপ্পা হায়খিদো—
হাদ' নিংথৌ দুষ্মন্ত নহাক্কীদি হুপীবু
নংগী নত্তে হায়দোকৃপা করি হায়রী নংসিবু ?

ফত্তেদকো ফত্তেদা মবুক্ থম্ম থোইমুনা
লৈরাং মাবু থাদোকুম্ থাদোক্লেদো নহাক্না ।
খোইমু মাগী মপোক্কি ভীনুগী জাত্তা পোকপনী
দুষ্যন্ত-ও নহাক্কি মীওইবগী মপোক্লী ।
খোইমু ভীনুগী শাজংচং লেমজদেদা নহাক্লে
লৈবাক্ মায়েল্ থৌদা চৈ রাদয়নে পায়বসে ?
নূপী মুক্তা নহাদা অচুম্ববু মীনম্বা
ঙম্বগীনি নঙ্গীযু থাঙ্‌গে ইথন রাজব' ।
গৌতমীনা থাঙ্‌মদ' হায়দোরকখি অসুম্বা
তাঙ্‌নহনা কায়ত্রে লৈখোক্তুনা অসুম্ব' ।

চনুসি চংলো আশ্রমদা শকুন্তলা পুরসি
রায়ে রানা লেনুব' তাই লাইবক্ কত্ত মপুন্সি ।
নোংদম্ থীবা মপোক্কে করি গত্তি লৈবগে
রায়ে রানা লেনুমিম্মা থাগো মন' লৈজগে ।
অসিগুম্ব' লীচংনা লীচংনবা তাইবংদি
নহান্ মথৈ থঙ্‌লুদে থঙ্‌লে মচু ঙসিদি ।
শকুন্তলা চংসি লাউ পম্বহনা কায়দে
আশ্রম্ তাম য়েনবা চুমসিদা খোঙ্‌দোইদে ।
গৌতমীগী মপাওখোল্ ত'রক্পদা শিষ্যসন্
পাম্বোম্ রাংম্মা থাঙ্গংলক্ নিংখৌয়োমদা মায়ওন্সন্

হায়রকৃখিদা অশুম্না য়াদে য়াদে পুবদি
জুপী ওইবী অমগী তশেংলব মকমৃদি
মন্না মপুরোইবগী মনাক্তনি শোয়দব
শকুন্তলা পুন্নসি তাইকো মাবু থনম্বা!

কণ্বশিষ্য মাকাদে নাতৈ চাবা মানিদো।
গৌতমীশু ককুতম্‌দে চুম্মি হায়না লৌখিদো।

শকুন্তলা মথাকোন্ কোম্লগবু হায়রকৃখি
ইমাগীদি মুংশিবী লৈহৌরোকো তাকৃপিখি।

পীরাং পীচোৎমরব মায়থোঙ্ কাহৎচরবা
কোঙ্‌দোকৃখিদো তোয়নদা থম্মোইগীদি অরাবা।

অমাবস্য তমৃজনা শূক মম্বা মায়থোঙ্‌দা
শকুন্তলা লেপ্‌চৈরে তৌকম্ থঙ্‌দা মতৌদা
তুংবু ইনুগে ইনৃতমৃদা লৈগে হায়স্নু হায়ঙ্‌মৃদা
চঙ্‌কৃ মৃতক্ষুনা চপ্প্ লেপ্প লৈখিদা।

কণ্ব মুনি-শিষ্যশিং বিদায় বিদায় খোস্থ্‌রদ
সোর মপী হোম্দুনা খোঙ্‌থান্ খোঙ্‌দোই হুনৃখিদা।

শকুন্তলা মতৌদো য়েংলুবদা মারবা
হঙংলকৃখি নিংথৌদা নিংথৌ পুরীৎ হঞ্জবা
মহারাজা দুষ্যন্ত শকুন্তলা হায়বীসে
মৈগা লৈমিন্নরগে য়েংবা তমৃত্রে মতৌসে।

পুরীৎ ঠাকুর্ হকবা নিংথৌ মতেং পাংনিংবা
পুক্চেল্ অদো উবদা য়ানিংখিদো নিংথৌবা।
মুক্তা লাইবক্থীবিলোম্ ওন্সন্দুনা হায়রক্খি
লৈরু চৎলো পুরীৎকা দুষ্যন্তনা তাক্পিখি।
পুরীৎ ঠাকুর্ পুক্কবা শকুন্তলা কৌহুনা
হায়বিরক্খি মুংশিনা অমেংবদি খোম্থাংনা;—
শকুন্তলা ইবেম্মা নমিৎ নমাই পাংত্রিকাও
ঐগীদবু লৈরুসি ঐনা য়োক্লি অহুক্কাও।
নিংথৌনমুক হায়রক্য়ি কপ্পা তোক্লো হৌজিক্তি
পুরীৎ নাক্তা লেম্নুচো হরাও হরাও হৌজিক্তি।
গতি লৈত মুক্তাদো ইনৃত্রে পুরীৎ মতুংদা
কোক্তা থুৎপু হাপ্তুনা থোইনা হেন্না রাখিদা।
শিবনবু ফগত্রা থম্নুববু য়াখিদে
পীবুক্ংগী অশাওদো খন্দখসু ভম্খিদে।
জগৎ শেম্বা ঈশ্বর মাগী চরণ্ নিংশিংনা
পুরীৎ ঠাকুর্ হকবা চৎখি মাগী তুংইন্না।
লৈহৌরেদো দুষ্যন্ত পুক্লিং তয়াং তরান্না
ফদায়দবু উখিবা মুপী মাবু ঐহাক্না!
নিংশিংলদি মুংশাইনী মানা হায়বা অপুম্বা,
অহুম্নে থোক্কেদো মরা করম্ লৌশিবা?

করি মন্তৌ কৌবগে নিংথৌ ঐগী লাইরকসে
নহাল্লমুক্কী মপোক্তা করি তৌরুবনোসে ?
অসোয়্বদনা কম্দৌরি পুরীৎকবু চৎলিভৈ
খঙ্‌হৌদনা ভারুক্যি অতিয়াদা অহুঙৈ
মঙাল্ মতুম্নক্তগী থোয়কৃখিয়ে মেনকা
শকুন্তলা পল্লেম্দো উনয়রে মহাক্না ।
ইমাগীদি ইবেম্মা ইমা লাক্লে য়ারহু ।
মিৎলু-পীরাং তৈথোকৃউ অমুক হন্না কপ্পহু ।
ইমাগীদি ইথাদা চেৎচেৎ কোম্না ইচাবু
ইরান্নাইদা পুরগে চান্‌বিগনী লাইনবু ।

চহি কুমজা কয়ালোল্ ইচা য়োকৃপা ওন্নক্তে
য়ায়ৌগহু পক্তেম্মু হায়হুনবু য়োক্লক্তে ।
অঙুম্ হায়না হায়রগা মেনকাদি পল্লেঙা
শকুন্তলা পুহনা কদায়দনো চৎথিনা ।
নোংদোঃস্বকী লগ্নীদা পায়খৎতুনা পুখিবা
য়াকম্ অহু নিংথৌদা থনৃখি পুরীৎ তয়বা ।
মতৌ অঙুম্ তৌহনা য়াইবু শংনা লেনজখি
দুষ্মন্তদি নিংথোদো য়াখল্ নুংহুম্ লৌথোকৃখি ।
মেনকানা মচাবু তপোবন্দি অমদা
শিমরুরে আশ্রম্গী নুংশিহৈবা মরুক্তা ।

আশ্রম্‌দবু চাওজবী আশ্রম্‌দমুক্‌ হনুজরে
কণ্ব আশ্রম্‌ নত্রস্থু চপ্পু মাম্ন লৈজয়ে।
কোয়ৌ শিংবুম্‌ খিত্নুনা পীবুক্কুংগী তীন্‌ অদো
খোয়ক্‌পবু ঙাইত্নুনা অয়া পুম্ব কাউখিদো।
কপ্পা নোকপা আনিদি মচিন্মনাও ওইবনী
লোমন লোয়ন চৎপানি শোয়বা য়াদ রায়েম্নী।
কোয়ৌশিংবুম্‌ কয়াবু হোৎরবা মতম্‌দা
নোংমা কৈথেল্‌ মরক্তা ঙায়োনুবগী পোৎকম্‌দা
মীফা-মীপুন্‌ থোদোক্তে খোক্‌খি অমা থীন্দনা
শান্তিরক্ষক্‌ নিংথৌনাই ঙায়োনবু ফাখিনা।
ঙারুবাক্কী ময়াইদা লম্মৈঙাগ লোয়ননা
খুদোপ্‌ অমা য়োম্লম্বা শান্তিরক্ষক উখিনা।
নিংথৌ-মোহর্‌ থারবা খুদোপ্‌ অহু উবদা
ঙায়োনুবদি নিপাদো হুরানুবনি হায়বীদা—
হায় হায় তাঞ্জৌ ঙায়োনুবা নিংথৌ-মোহর্‌ থারিবা,
খুদোপ্‌ অসি করম্না কদায়দগী ফংলুবা?
হুরাল্লুবা নত্তনা নংনা করম্‌ ফংদোবা?
নহাক্‌ ফায় পুগনী নিংথো নাকপু য়োনবা।
শান্তিরক্ষকশিংহুগী মরাইহেবু তাবদা
খুম্‌জরক্‌খি ঙায়োনুবা মিহুন্‌ চেন্‌শুম্‌ চেনুগাদা।

কম্বি য়ানো হায়ম্বিদো ঐদি খুদোপ্ হুয়াণ্ডে
ভসি কাবা চাদগী থোক্খ্রে খুদোপ্ কংবদে।
ভাদ য়োম্ম লেনুবনী কোন্নুং অমুক চংজিম্বি
চাকা ভায়োন্ হৈথৌ ওই থবক অতৈ তৌজম্বি ·
ডোমগী জাত্তা পোক্লিবা অত্তোনুবাদ হুয়ানুব,
অতোন্-জাৎকী হৌনবা নচিনুথীবা শারিবা।
অহুননি হায়নবা তুক্চৈদো নশিন্দো
নত্তবদা তৌগনুবা জাত্তোম্‌গী হৌনৈদো।
তাথী য়াহৈ তাবদা ভায়োনুবাদ নিপাদো
থুম্জয়কথি অশুয়া মুয়মুক্তা তাথোদো।
মীওইবগী সমাজ্ সে গুণ কর্ম্ম তুংইন্নী
বর্ণ মম্বি শাখায়নৈ হৈনবদা তৌহন্নী,
থ্বাইনা তোমে হায়রগু কর্ম্মতনা লায়েদো;
অসুম্ হায়না তাবম্বি ইশিল্ পায়রিবনিদো।
মপোক্কীদি ইশিনসে পাণ্ডথোক্তুনা চংলদি
কংনি মোক্ষপদথী শিন্নী মহৈ য়াম্নদি।
ভায়োনুবগী মরাহৈ তাক্রগা অণ্ডম্বা
হায়রক্থিদা ওক্য়িদা শাস্ত্রহৈবা শারিবা।
কাগনিবু কিমনা শাস্ত্র য়াবু থিরিবা
মচুমচায়ম্বা নাম্ভোকপা য়ারোই য়ারোই হুয়ানুবা

হুয়ানুবনা অক শা পণ্ডিত শানা য়াঙাঙ্‌লি
নাম্থোক্লবা হায়ত্নুনা নংনা কয়া থোয়াংলি।
শান্তিরক্ষক অনিনা মখুৎ পায়না চিংত্নুনা
নিংথৌ মনাক য়োনবু পুশিন্দুনা চংখিনা।
খুদোপ্‌ য়োৎপা ঙাহুম্ম ঙাকাবনা পায়রকয়ি
নিংথৌ মাঙ্‌দা খম্নগা খুরু খুদক্ কুম্লকয়ি।

শান্তিরক্ষক অঙম্বা নিংথৌগবু চঙ্গংলী
মহারাজা ইবুঙো হুয়ানুবাসি পুরক্লী।
মানা য়োনুবা ঙারক্তুনা নিংথৌ খুদোপ্‌ য়োল্লম্মী
মতৌক্ চাবা দণ্ডিবু পীবিনবা হায়রম্মী।
ঙায়োনুবাদি লান্দবা খুবাং চাংজৌ লোয়নবা
হঙ্গৎলকয়ি নিংথৌদা ননাই কেম্ম সান্দেনা।
ঙসি ক্বাবা ঙাসিগী পীবুরুংদা কংবনী
পুরক্লিবা খুদোম্সি সতানবু থঙ্‌গনী।

থাজদবা তৌবীগু অচুম্বদা ঙাঙ্‌জয়ি
ঙাকা ঙায়োনুজরগা পূন্সি অসি হিংজয়ি।
কয়া শূজ নোমজর কেজ্‌রবা ননাইনী
মীপোৎ মীরল কনাগী লৌনিংদবা ঐহাক্নী
নিংথৌ কোন্নুং উজস্রি পোকহৈদণী চঙজদে
উপু-ভাবু কদায়দা করি লৈবা খঙজদে।

করম্ হায়না লৌক্লনি চেংনা থম্বা নিংথৌলন্
নোংমত্তস্থু উত্রিবা অরোনৃবদি নিংথৌলন্ ?
পুরক্লিবা লেমলৈ ঙা ঙসি অয়ুক ফাবনী
লেমলৈ ঙাসি লেল্লগা কংজবদি থুদোপ্পী
ননাই ঐবু ঙাক্পীয়ু ননাই থুদোপ্ হুরান্দে
ঙাক্পিহৈবা নগুম্না তৌবিয়ুদা খৌজান্দে।
থুদোপ্ অহু পায়রগা য়েংলকপদা নিংথৌদো
শকুন্তলা নিংশিংলে মম্বা পূম্বা ঙানৃথিদো।
মানী মানী মসিনী শকুন্তলা মঙোন্দা
ঐগী হুপী মহিষী পীরম্বদো মঙোন্দা।
থুদোপ্ কৌদি মপান্না হুংশিররাল্ থঙবনা
নিংথৌ থম্মোই পেনৃবদি ঙম্থৈবুদি নাইদেনা।
পেনৃথিবনা দুষ্যন্ত তাওথরকয় য়াথংদো
সনা থাওজাও অমথক্ ঙায়োনৃবদা পীখোদো।
মানা ঐগী তৌবিবা তৌবিবদি মতেংদি
করি অমুক হায়রুনী লৈত্তে পান্দম্নিঙঙাইদি।
মানা ঙাসি ফ:রমদ থুদোপ্ অসি কংলম্লোই
শকুন্তলা হুংশিবী মাবু ঐনা নিংশিংলোই।
লানৃজদবী হুক্তাদো কৈম্থ লৈত কাউথোক্থি
কয়াথিনা তাম্থোক্থি কয়াথিনা চৈবিথি।

দণ্ডি কংব্রা হায়ববু সনা খাওজাও মনা কং
অরা রাখল্ পুমথা খা সুংঙাইবদি মপং কং
ঙায়েনবদি কর্ম্মবীর নিংথৌদবু হঙ্গংলী
খৌজ্জান্-হৈবা ইনিংথো সুংশিহৈদা হঙ্গংলী।
মাপা লৈত পীনহৈ চানুবীবদি ননাইদা
তোম্ন ঐগী বুদ্ধিনা হায়বা থো কৃপা নত্তেদা।

শিগদোবোহি নিংলম্বা অরাবদো কোকচরে
ঈনিংথৌগী খৌজ্জাম্না কযাদবু সুংঙাইরে
ননাই ঐহাক হল্লগে য়াথং ফংবা য়ারজ্রা।
তাওথবিরো য়াথংদো ননাই চংশা য়ারজ্রা?
দুষ্যন্তদি নিংথৌরেল্ চীংনা লেম্ন হায়রকখি
চংলো হৌজিক ঙায়োনুবা অম্লুমবু য়াথংখি।
ঙায়োনুবনা চংখ্রকাল্ নিংথৌ থম্মোই রাখরে
করি তৌনি খঙলমদে চিন্তা কোকখোং নাখরে

রাতানফম পুরীংতো কৌরুনবা য়াথংখি
পুরীং থুংল কলজুদ নিংথৌ অস্তুম হংজখি—
ঐগী সুপী মহাক্তো শকুন্তলা সুজ্জাদা
কদায়দবু ফংগনী কয়ম হায়না ফংনিদো?
নিংথৌ য়াকা তাবদ। পুরীংতিনা হঞ্জবা
গতি লৈত খুম্নম্মী কদায়দবু লৈরিবা!

সোয়ারেনগী অপ্সরা মেনকানা পুথরে
হায়বা ওমদে কনাগী মানা কদায় থম্লুরে ।
লাইরৈবাক্তা পুরিত্রা মর্ত্যদবু থম্লিত্রা
মেনকাগা লোয়ননা লোয়শনবু লৈরম্ত্রা ?
ইনিংথৌগী তেংবাংদি পাংবা ওমত্রে ঐহাক্তো
কদায় করম্ লৈব্রিবা শকুন্তলা মহাক্তো ?

পুরীং য়াকা তাবদা নিংথৌ রাথি ওয়েকা
রাথম্লুংদা ইরাক্লা লুকেং লুকেং তৌখিনা ।
মতম লেনৃকম থওশিদে চাবথকৃপা থোয়জংদে
মীনা ওাঙ্বা তানিংদে তুম্বা চেপ্পা মাখিদে ।

অহিং তাংলৌ অমম্বা রাথল-মম্বা হেলৃহল্লী
অয়ুক-হুংথিল কোয়োহন্ থোয়রাং থোরশাওনহল্লী
হৈকোন্ লৈকোন্ চংহুন পোখাজগে তৌবদি
হৈনম্ লৈনম্ তাগদা থোয়শাওয়িদা থোইনদি ।

চংলে চংনা মথল্লী ফম্রো ফম্না মরাইদা
হিপ্লে হিপ্না য়াত্তাদে বুদ্ধি হেক্তা মওঙ্হিদা
নোংমা নোংমা রাশল্লক্ তোকম থঙ্দা লেনৃজখি
নিংথৌ থম্মোইহ য়াংনবা করি তৌসি থনৃজখি ।
ঈপাক্তবু ঈরাক্লা শিদোরবা কনানা
তাংজ লীনৃবু পায়হনা থনৃবা হিংগে হায়হনা

মহুৎশুমা দুষ্মন্ত শকুন্তলা মুত্তিছম্
য়েক্ক লেনুগে থন্দুনা পায়থি লাইয়েক তুরিছম্,
ফজরবা লৈকোন্দা জাতি যুতি শিরাংদো
ফজনবু য়েক্লম্মী শকুন্তলা মুত্তিদো
লৈরাং-লৈনম্-নম্জবী শকুন্তলা মহাক্কী
প্রতিমাদি লাৎপশুম্ লাংথি হুজ্জা মহাক্কী।
চহি কুমুজ্জা কয়ারোম শকুন্তলা চিন্তাদা
লুপ্তু নবু লেনুথিদো অহিং-মুংথিল্ অনিদা।

১২

চিন্তা সগ তৌদুনা লেম্লিভেদা নোংমদি
সোরায়েন্দি ইন্দ্রনা থারক্খিয়ে পাওবুদি।
ইন্দ্ররাজ্না থারকপা মাতলিন হঙংখি—
মহারাজা ইবুংঙো হঙংচগে হায়জ্জখি।
দেবাসুর লাস্তৌরে মতেং লিবা লাকচরি
ইন্দ্র নিংথৌ মনাইমি পানুবা ও চেনুবা লাকচরি।
লাইয়াম্ বাবা তায়েন্নে হিংচাবনা কনুবনা
লানুবাংবিয় মহারাজ হঙচ্চর ননাইনা।
দেবদূত মাতলি মপাওথোনুবু তাবদা
মহারাজা দুষ্মন্ত ভরবুদ থুম্থিদা—

পাংনি পাংনি শোয়দনা লাইয়াম্ তেঙ্গোল্‌শিংহূদা
থহাই মণ্ডা য়াওনবু ওম্বমথৈ পাংনিদা।
ঐগী লাম্মী অরৈবা লোইনা পুরক্কনিকো
সোরারেন্দা হঙ্গংলু থুনা পাওদমজরুকো।
মাতলিনা হনগ্রকাল্ তুষ্যন্তনা খল্লকয়ি
লানবাং চংপা অসিনা অবা কাউগে খল্লকয়ি।
মপোক্সিদা মহাক্‌পু কংখিগত্রা হায়ওমদে
দেবাসুর লান্‌কম্‌দা হিংনি হায়স্থু থওক্তমদে।
শকুন্তলা উদনা লেনববুদি পূন্সিসে
লান্দা শিখিবনত্থম্ ফগনিবু থনখ্রেসে।
সেনাপতি কোথোক্লে শেম্বু শারো হায়রক্লে
খোংমী দোলাই অমদি শামু শগোল্ খোরক্লে।
নিংথৌ থোগল্ তোনবা চতুরঙ্গ সেনাদো
পরেং পরেং লেংলরে অয়েং-মীৎপু থুকিদো।
লাল্‌গী লাম্লাউ লাউরক্লে নোংদোন্ পুম্নল্ নিন্‌খিদো
লাল্‌গী ইরাং অচোবা নিংথৌ রাখল্ থৈখিদো।
শকুন্তলা মৈচাক্তি নেম্‌থখিবোই তোংখদো
শোয়দনবু নেমগত্রা হায়নবুদি চিংনৈদো।
কাওববুদি য়াদেদা মরা তাগ্র রাখম্নি
পুম্‌কাউ কাউবা ওম্‌পোক্তে করম্ হায়না কাউগনি,

নিংঙম্‌দবা মাংওইনা খোক্‌খিবদি খোদোক্লি ?
অকাউ লাইনা চুবনা শকুন্তলা মাঙবনি।
চাক্লিবদি মৈচাঙ্গো মতম খরা খেম্‌হনা
দেবাসুর লানজাউদা য়াওরুনবা লেংখিনা।
ইন্দ্রনাক্তা থুংলুরে লান্মী তেঙ্গোল লোয়নবা
লানবাংজবা লাক্‌চরে হাবনবুদি তম্‌খিনা !
ইন্দ্রনিংথৌ হন্নাওনা থায়রক্‌খিদা কান্দুদা
মহারাজা লেংলকপা সুংভাইবনা লোইরেদা।
দৈত্য পাঙ্গল্ মুক্‌থেক্‌পা তম্নগনি হৌজিক্তী
সুরময়াম্ খেংনবা করম্ ওয়ি মতিক্তী।
হস্তিনাগী অতিয়া ভান্থোইরবা সুমিৎনি
সুমিৎ মাগী তেজনা হিংচাময়াম্ চাকনি।
ভাইহাক্ পুন্দোইসুংদবু উৎফুল্ ওইনা তুম্‌গনি
দৈত্য জাতি অপুম্বা মরু ফংনা মাঙ্‌লনি।
মহারাজা দুষ্যন্ত নহাকীদি নতেংনা
লাইরৈবাকী লাইয়াম্না পোথারনী শোয়দনা।
ভাইহাক্ পুন্দোই ব্বাশা লাইগী নিংথৌ ইন্দ্রগা
দুষ্যন্তদি থোয়রক্লে লাল্‌গী লাম্লাও লাউরগা
পাক্ল চাউর লান্‌কম্‌দা দৈত্য-লান্মী উক্লরে
দৈত্যশিংগা লাম্নাগে হান্না থোরাং তৌক্লরে।

পাজল্ কনুবা দৈত্যশিং দুষ্যন্তবু উবদা
মতীক-ময়াই কল্লবা য়েক্লবনী থনুখিদা
হন্দকীবু লাল্লিদি ওইনি কনুবা লাম্বেংদি
শোয়রোই শোয়রোই হন্দক্তি রাবু তুপ্পা লায়াদি।
তুশোল্লবা লাইয়ায়া মপাজল্বু য়াংতুনা
মর্ত্ত্য মচা নেক্লুশাই করিবুদি থন্দুনা ?
শিব-নাইবা মর্ত্ত্যনি অমর নত্তে মখোয়দি
কাউমম্নস্ু কাউয়িদা গতি লৈত কান্দদি।
ইরাক্লবা মীতানা তাঙজ-লীনবু পায়গুন্মী
লাইজ-তাঙ্জ অনিমক যম্‌গী দুৎনি কাউগুন্মী।

অপুম্ হায়না দৈত্যশিং মখোয় মশেল্ নোকমিন্নৈ
লানৃঙম্-ফিরাল্ থেৎপদি শোয়ত্রে হায়না তাঙ্মিন্নৈ
মত্তৌ অপুম তৌহনা লৈনম্নিত্তে মতমদা
লাল্‌হৌ মোইবুং খোঙ্লকৃখি লান্মীশিংবু কৌখিদা।
মহৈ মহৈ খোয়ক্লখি লাম্বা লাম্বা থীনখি
তেল্‌হৈবনা তেল্‌পায়খি থাঙ্হৈবনা থাঙ্পায়খি।
মানা মানা শুবদি খুৎলাই পুম্বা পায়নরে
অঙম্ অঙম্ হাংনরে লানৃকম্ ঈখোং চেম্বরে
মহারাজা দুষ্যন্ত মুংশি মৈচাক চাকপনা
শিনি হায়না কিজবা মতাওমা তৌখিনা।

অকি অথঙ মচেৎমা পক্তরবা নিংথৌনী
থৌনা ফনা লাম্নাখি থৌনা ফবা মহাক্নী।
লাইয়াম্ বর ফংবনি থৌনা হেন্না ফগৎখি।
মহৌশানা লাল্হৈবা লাল্হৈববু উৎথম্খি।
দেবাসুর লান্সিদা মরোল্ অহুম নিক্খিদা
জীব পুম্বা মিপায়খি কম্দোবনো হায়খিদা।

চতুরঙ্গ সেনাগী লাম্নোং মথল্ মরিদো
লাম্নোংমতা রাৎতনা শোক্খিরে লোয়নদো।
খোঙ্মীগবু খোঙ্মীগা শগোল্গবু শগোল্গা
দোলাইগবু দোলাইগা শামুগবু শামুগা
লাম্বা লাম্বা থোক্ত্না লানুগী বিদ্যা উৎনখি
কৃষ্ণে-য়েংবা য়াওত্রস্থ অঙকপদি ঙক্খি।
রণগঙ্গা ঈচেন্খি লাম্মী মকোক্ তাওথখি
দৈত্যশিংগী পাঙ্গল্দি চাংবু য়াম্না তাথখি।

সুরশিংগী মথুক্তা দৈত্যাসুর মায়থিরে
সুরশিংনা লানুক্তমে লানুঙম ফিরাল্ থেৎখরে।
মহারাজা দুষ্মন্ত মানা পাঙবা ঙেংবাঙ্বু
লাইয়ামবু থাগৎখি কাউবা য়াদ ঙেংবাঙবু
নিংথৌ নংগী নপাম্তাং লানুঙমজবা ঐখোয়নি
হায়রিয়ুদা ঐখোয়দা করি বর লোবীনি।

লাইগী য়াকা তাবদা দুষ্যন্তদি নিংথৌদো
অশুম হায়না থুম্লকৃখি করি রানো হায়রিদো।
থবক্ মহৈ খিহৈদে থবক্ তৌর লোইরেনা
থবক্ পাওথোক্ ওয়না থবক্ মহৈ ক্নৌয়িনা।
বর তোপ্পা অমবু করি অমুক লৈবনো
হায়রিহুনা ওকচরে মহু অমুক থনুবিনো।
হৌজিক্তিনে দুষ্যন্ত মাতলিগা লোয়নননা
দোলাই-পাইবী তোংহুনা মর্ত্যতাম্বা শাক্‌খিনা।
দোলাইদগী কৃষকাল্ মাতলিনা হায়রম্মী
মহারাজা ইবুংঙো লৈবিহৌরো হায়রম্মী
লানুবাং-হৈবা নিংথৌবু লাইনা মনা পীগনি
হায়রম্মগা মাতলি বিদায় লৌরৈ রবানি।

১৩

মাতলিনা থনম্বা লম্‌দম্ মশক্ থঙ্‌দবা
য়েংবদবু পুক্নিং হুই মাপা লৈত ফজবা,
শীঙথাবদা রারবা অয়েং পুক্নীং নৌহনুবা
মকম অসি লাম্লগা করি লম্বী পাঙদোবা
হায়কম থঙদ লৈহৌয়ি দুষ্যন্তদি নিংথৌদো
শুমহৎনজাই দৃশ্যনা লম্মুক্নি কাউথিদো।

থম্না থম্বাল লৈতেংবা পাংকী লাইজ অরাবা
লাইজ মুংদা কুম্লগা থম্বাল্ তম্না চংনিংবা
অউবদি কনানা পান্নোইদবা য়াওগনি—
থম্বাল-লৈকা চুপ্লিবা খোইমু মন্তৌ তম্লিংনি।

থম্বাল-খোইমু অনিগী মুংশি-ঈরাং উবদা
নমৃথহনা থমৃলুবা মুংশি-ঈরাং হৌখিদা।
লানৃঙম্-কিরাল্ থেংপগী হয়াওনবু লৈরবা
দুষ্মন্তগী থম্মোইদা কুইদে চিন্তা তোংলবা।
মচুঙৈগী রারীদো নিংশিংলকৃথি তম্নদা
শকুন্তলা মুংশিবী মুংশি মাবু থনৃখিদা।

উমং-লমৃহাং অসিদা চিন্ত' সঙ্গ তৌথরে
খোঙ্খাঙ্ খুদিং খুদিথী তুরোয় ভারোয় তৌথরে।
থম্মোই রারী কনাদ শায় অমা পোকৃথোকৃপা
কনামতা য়াওদেদো রারী তাবিগদোবা।
পূক্নিংগীদি অরাবা কনাদবু লৌরুনি
মীৎকুপ খুদিং হেন্নংলী করম্ হায়না খাঙ্গনি?

চিন্তা পোৎলুম্ কোকৃথোংনা খোঙ্থাং লুম্না থাংবনা
তপ্না তপ্না খোংদোহহূন দুষ্মন্তদি লেংখিনা।
দুষ্মন্তনা লেংলবা লমদম্ লম্লেন্ অসিদি
লৈতে অমা নংতেয়ে লৈনে মারিচ আশ্রমদি।

অহৈভো মেনকা ইকাইনংবী মযোম্ন
পুরহনা চৎখিদো আশ্রম অসি তাম্নবু
শিম্নজরুই মযোম্লোই মারিচদি মুনিদা
মুনিদেব পুক্ষবা শকুন্তলা য়োকখিদা।
মকুম্ মথা তরকাল পোক্খি নিপা অমদি
মমাবেম্মা শকুন্ত কাখি হয়াও মথোইদি।
মায়থোঙ্ থাজ মচাগী য়েংল য়েংল লেনজখি
অৱাবদি ঙ্কুংলম্বা কোক্পরাদি হৌজখি।
মাবু য়োক্পা মুনিনা থোনখি অঙাং মিংথোক্দি
তরত হায়বা মিংথে য়া লৈত্তেংবিখি অঙাংদি।
অসুম অসুম চাওখৎলক্ কম্ববুদি তন্নক্খি
অহুদগী শনুশানা কোয়চৎ চৎবা পোৎথিখি।
হৌগৎতুনা লেপ্ খৎপা তমূজরকখি তরত্তো
মথংদবু হৌগৎথি কোয়চৎ চৎপা অঙাংদো।
আশ্রম্গী শাশিংগা তোরোৎ খদানজখি
অঙাং ওইবৈগী হৌনশা অকি অথং থাদোক্খি।
নোংদম্বগী নোংদম্খোন্ কনানবু শঙ্গনি
অসুম থোক্লো হায়রনা বিধিনবু তম্বনি।
ছুষ্মন্তনা লেংলক কাল্ নারা খোনজেন্ তারুয়ে
খোনজেল্ মানা লমজিং ওই অঙাং মনাক্ য়োথয়ে।

বোংশা মচা অমগা অভাং অমা উজখি
অভাংহ্না নোংশাদা রাভাঙ্‌বু তাজখি।
নয়া অহ্ কাথোকৃউ নয়া মশীং থাগেনে—
নোংশা ময়া কাক্সা অভাং মজৌ উখনে
ইঙকৃপুদি ঙকৃখিদা দুষ্মন্তদি নিংথোদো
চপ্‌নু লেপ্র নৈথিয়ে অভাং মতো য়েংখিদো।
মতো অসুম ঙক্লিৈঙ সুপী অনি সাক্রম্মী
নোংশা অহ্ থাদোকৃউ হায়না অভাং থেয়ম্মী
নোংশা অহ্ থাদোক্লো শায়পোংতি পীগেনে
শায়পোংতি হায়দো পীয়ু হায়না হায়জেনে।
শায়পোংপু কংলগা নোংশা থাগে হায়বদা
দুষ্মন্তনা তারগা ঙমথে নৈত ঙকৃখিদা!

শকুনা শক্ কজবনে থোনানবু কবনে
ঙকৃয়িদকো অভাংসে ঙকৃয়ি ঙকৃয় হায়খিনে।
সুপী অনী অহনা দুষ্মন্তবু উজাখ
নিংথৌ শকুপূ উবদা ঙকৃয়ি ঙক্ৃয় হায়জখি।
মথোন্ অহ্ তাবদা দুষ্মন্তনা হংলকৃখি
ঐবু কয়ম ঙকৃপগে হায়য়ু তাস হায়বিখি।
নিপা নংসে কয়াদা ভরতকবু শকুমায়ে
কয়য়বু মায়বা খন্নুবদা ঙকৃচানৈ

নোংশা মচা থাদোকৃউ রাজ্রষদা অঙাংনা
দুষ্যন্তনা হোৎচল্লকৃ থেম্‌থি হুংশি রাইনা
হাদা অঙাং মচা-ও ! নোংশা মচা থাদোক্লো
শামনিংলে মহাকৃশু শাম্নবু থাদোক্লো ।
শামবনা মথৌনি হায়বা খঙবা অঙাংনা
নোংশা মচা থাদোকৃপি পূক্লিং হল্লাও হরাওনা
নোংদম্বনা তম্‌থিবা মতম্‌ খুদক অহুদা
অঙাং মক্ষা তৌনবা কবচদি তাখিদা ।
ভরতকীদি কবচ লৈবাকথক্তা তাখিবা
মহারাজা দুষ্যন্ত খুঙৎকেবু তৌখিবা—
পায়হু শোক্ল কবচ অঙাং থরাই কল্লবা—
অঙাংশেনূবী অনীনা অশুম হায়না থামখিবা ।
নিংথৌ ঙক্লা হংলকৃথি করি তৌয়ি শোক্লগা
অঙাং মাগী মহাম্বু তাগদরা শোক্লগা ?
অহুক হায়ম্বু তাশিদে। দুষ্যন্তনা হংজথি
ব্রক্ষাগীবু কবচ খুঙৎতুনা থাংগৎথি ।
নিংথৌনবু হংলকৃপা রাঙং অহু তারগা
মিপাই মিপাই খুল্লকৃথি হুংশা মপী হোল্লগা
অঙাং-শেনূবা কবচ মারিচদি মুনিনা
পীবিরকৃপা অঙাংদা চেকৃশল্লবা হায়থিনা

মমা মপা নত্তবা কনানবু শোক্লদি
কবচনা ওনুগনি তাঙ্‌জ-লীনুবু ওইনদি।
শোক্লুবদি মীহুদা তাঙ্‌জ-লীন্না চিকনী
য়াইবী থন্নাই মাঙ্‌গনি অশুম্ হায়না হায়বনী।
দুষ্মন্তনা পায়বদা কবচদি কৈদোদে
তাঙ্‌জ-লীনুবু ওইহনা ওল্লকপদি তৌখিদে।
মতৌ অদু উন্নগা অঙাংদুবু কোন্দুনা
ইপাগীদি ইবুংঙো হায়না কোনখি নিংথৌনা।
রাহৈ অদু তাবদা থুমখি তন্নত্ত নন্নানা—
ইচা ইচা কৌগদু ঐদি নচা নত্তেনা
ঐবু পোকপা পন্থৌদি পল্লেম্' মানা তাকপদি
মহারাজা দুষ্মন্ত ইপানিদো মহাক্তি।
নংদি ইপা নত্তেনা করম্ ইচা কৌরিবা
ইমানবু তারদি য়াম্না থীনা শাওনিবা।
মপা নিংথৌ দুষ্মন্ত মশকপুদি খঙজদা
অঙাং নন্না অদুনা হায়রকপদি ব্রাহ্মা
মচা কংলে থনুবদা ওমথৈ নৈত জুংঙাইখি,
অঙাং পিথক নহাক্লে নমা থিসি হায়রিখি—
চংলো চংসি অঙাংও মমানাক্তা পুশল্লো
নমানবু উন্নগা ঐগী ইশক তাকহল্লো

মপা মচা থুংশয়া থোঙ্খাঙ্ য়াঙ্না চংখিদো
মেনকাগী মমোয়োই শকুন্তলা লৈকমদো
আশ্রমগীদি খাঙপোকশঙ্খাংপোকশঙ্গী সুমাংদা
শকুন্তলা লপ্তুনা উরক্লেন্নো কান্দুনা
ভরত্কবু থুংশয়া লমজিংহন লাক্লিবা
মাঙ্গিদকো মশাকি দুষ্মন্তদি হুংশিবা।
থাজবদি থাজদে অমানুংবু ওইরমত্রা

হায়রবুদি থনখিদা অতোপ্পদি ওইরমত্রা!
অসুম্ য়েংনা থনুবকাল্ হায়রক্খিদো মচানা—
ঐবু ইচা কৌরবা নিপা অমা লাক্লিনা,
ইমা নংবু উনগে হায়দুনবু পুরক্লি
থংবা নিপা অসিবু হায়য় হায়রা পাওহংলি।

মচাগীবু য়াহং তা শকুন্তলা লেবীদো
হায়রকখিয়ে নিংথৌদা হৌজিক লংশক্লবোইদো!
দুষ্মন্তদি নিংথৌবেল্ করম হায়না নিংশিংলি
ঐগী নাক্তা লাক্পদি করম হায়না লাক্লিংলি?
অছক লায়না কাউথোকপা কাউশরবা মতানি
পম্মুক্লরক্পনরা হায়য় তাসি হায়বমি'।

শকুন্তলা উবদা হুংতাই:নুখি নিংথৌদো
থম্মোইদুংগী হুংতাইবা চিনুবাংখোঙ্দা তোঙ্খিদো

নোঙ্গা খোঙ্গা হায়রকপি শকুন্তলা মুংশিবী,
ওাকপীরুকো ঐহাকপু শাউগৎরুকো মুংশিবী,
অহানবদা নিংশিংবা ওম্মুদদা শেংবনি
নংগী খুদোপ্ কংলগা লোইনা নিংশিংলকপনি
ওায়োনবদি অমনা কাঞ্জরকপা ওানবু
য়োংলগদি খুদোপ্ত কংব মুংমিং অহুবু
করি হায়না তম্লিগে করম্ হাযনা তায়সিগে
য়াবা পন্দোল লোমখিদে থন্খি থরাই থারগে।

য়াইবী প্রাণবু থারগা থন্খি লমন্ শিংনবা
অহুবু নইবেম্ম আশা লোইবা নাইদবা
মীওই মপোক পোক্লুবে শকুন্তলা নহাকপু
কংলকপবু য়াই হায়না থন্খিদকো মচাকপু।

শিগদোগী শক্লক্তি য়ানা য়না লেনবনা
লম্মন শীংবা অয়োবী ওইমি হায়না থনবনা
হিংলক্লিয়ে ওসকাও, হিংজনুগী কাময়ে
শকুন্তলা নহাকপু অমুক হন্না কংজরে।

নথক্তবু নক্তেদো ইচা খোনা কবমা
কওলে ওসি লোয়ননা শকুন্তলা ইবেম্ম।

তাইহাক পুক্নোয় লোয়রনা থম্মোই থম্মোই
তেংথোক্লে

মচারোমদা ওন্সরা শকুন্তলা হায়রক্লে
পাল্লি ইবুংঙো সুংশিবা মাংদা লেপ্পা নিপাসে
নংবু পোকপা দুষ্মন্ত নিংথৌহুনি এহাক্সে।

দুষ্মন্তনা হায়রকখি চংসি নখোই ঐহাকা
হস্তিনাদি কোন্নুংদা থিন্নরগু মচমগা
পম্মোশকপা মারিচ মশায়গোন্দা চাক্তাবা
পল্লেম ইমা মেনকা ইমানবু থনম্বা
মুনি মাগী অকমদা রাকৎতবা য়াদেদো
চহি অমুক য়াম্রসি মচা ওইনা য়োকখিদো
ময়াথংবু লৌত্রদি করম হায়না খোঙশান্ন
মপাওথোন্বু তারগা ময়াথংবু ইন্নগনি।

পল্লেম্ পম্মৌ অনিনা শারম্বদি রাগীদো
থৌশাবদি হায়রক্লু ভরত কোবা মচাদো।

পম্মৌ'বুঙো অপোকপা কোল্লা চংসি মুনিদা
ঐগী অয়োকশাশিংসি হায়রা য়েংলুখিসিদা —
অসি হায়না থুৎচিংও পম্মোগীদি থুৎপায়না
মচাগীদি নৌরবা খোম্ভুম্ অহু তাখিনা

ভাইহাক পুন্নোর লৈরগা নিংথৌ রাণী অনিদো
রানী রাতায় শাম্নৈজে পুন্নীংরাইবু শংজৈদো
অসুরবু তৌরিবৈ মারিচ্ মুনি তম্ববু
চেন্‌শন্নকথি ভরতনা তম্‌জখিদা মপাওবু
মুনিদেব বাবাজি পাওদি য়েৌনা ওক্লবা
তমগে লাক্‌রি ঐহাক্কে তাওকো ঐনা পাওতম্বা
ঐবু পোকপা দুষ্মন্ত লাক্লে ওসি অসিদা
ঐবু পুগে হায়ররে চৎসি হায়রে কোম্নুং দা।
মুনিদেব হয়াওজৈ হায়রক্‌রিদ। ভরত্‌তা
হুরাওনভাই। পাওনিদা তানিংবনি মতুম্তা।

তম্ববুদি থুংখিদা নিংথৌ রাণী অনিদো
মুনিদবু খুরুমজৈ মুনিগীদি মকাদো
শকুন্তলা দেবীনা খুবাং চাংজো লোম্রনা
হঙ্গৎলক্‌থি মুনিদা মমাখংবু নিহুনা—
পস্থোদিনা পুক্কবা নচা লাইবক থীবীবু
য়োক্‌পী থাবিরকপগী কম্রম্ শিংনি লমনবু
হুজা মাগী য়াকা তা মুনিদেব হায়রকখি
অথাক্‌মন্নগী লমন্‌দি শিংলে ওসি হায়রকখি—
নপুরোইবা উনবা লমন্‌শিংবা শকপনি
মসিগুম্বা পুংফম্বু ভাইহুনকো লাক্‌পনি

নংগা ঐগা ঐখোয়নি চংনবুদি তাইরকপা
তসি কোয়ৌ সুদিত্তা পুংকম্দি য়ৌরকপা
হায়নতাইবু লৈত্তনা সুংতাইরেদা সুংতাইরে
ভগবানুগী কৃপানি নহাক লমন্ তোঃন্নরে।
হৌজিক্কিনে ইবেম্ম যাথং হয়াও পীরেগো
নপুরোইবা পোয়নবা তসিদিনা চৎলোদো।
ঐনা আশিষ্ পীরিদো ইপাগীদি ইবেম্মা
থোকৃথরিবা অপুম্বঃ হায়গে ঐহাক ইবেম্মা
দুর্ব্বাসাগী শিরাপ্না থাকৃথিবদি তাক্কনি
মহ্ কীর্ত্তি শগগী দুষ্মন্তন কার্ত্তবনি,
ভরত-নম্মা নচাদা পীরবনি বিদাইদো
সুন্তাইনবু তৌকয়ে নপুরেইবা সেবাদো।
অরাংবাদা মচিয়াও মখোইনিগী তাইবংবে
অমাবগী মতমদি সুংসি অসি লোইরেনে,
সুংতাইবগী পুংকমদি হৌবে ইমঃ তসিদ,
পীরাং পীরো ইনরব মাংস্ন থম্বাল মীৎলুদি
তৈথোক্ তৈথেক্ থুরুম্ খ শকুন্তলা মচাদি
দুষ্মন্তদি মহারাজ লৌখি মুনি বিদায়দি।
থুবাংচাংজো লোয়বা মপা মচা অনিদা
মুনিদেব য়েংলগা নিংথোদবু হায়খিদ

মহারাজ দুষ্মন্ত প্রজা মাইফনবনে
মতম লৈবা খিবিক্তা কমদবু লোম্মুনে
নচাবুতো ভরতসে খোঙরোই নোংমা ওইবদি
নিংথোরেন্দ অচোবা, মাশী মিংগো তম্মদি
ভারত কৌনি লৈবাকসে ধর্ম্মপুংবু ওইনিনা
পৃথী কাওনা থংননি ভরত-ভারত হায়রনা ॥

---